

# মণিপুর ইতিহাস।

W. Yumjao Singh.

Second Edition.

at the State Press, Imphal,
1947.



# মণিপুরগী ইতিহাস

## অহানবা পন্দুপ।

খংজিন্দবা য়াদবা য়া খর।

ঙমখৈ—মণিপুরগী অরাংদা আসাম, নোংচুপ্তা কাছাড়, নোংপোক্তা অরাংলৈবাক, মখাদা লুসাই চীং অমসুং অরাংলৈবাক লৈ। লৈমায়গী মতুংইন্না মণিপুর অসি শরুক অনিথোকনা খায়বা য়াই (১) চীং, (২) তম্পাক। তম্পাকতা মৈতৈ অমসুং পাঙন অতুগা চীংদনা খোংজাই, কবুই, ঙামৈ, তাংখুলনচিংবা চীংগী মী মখলমখা অয়াম্বা লৈ।

লৈবাক অমগী ইতিহাসসু মাতুদা লৈবা জাৎ অতুগী পুনশিগী রারীগুম্বতনি। ঐখোইনা তিন্নরুবা মী অমসুং য়ুমলোন কৈরোন্নবগী আচার ব্যবহাবনচিংবা খরতা ওইরবসু লোদনা লৈবা ঙমদবগুম য়ুমলোন্নবা জাৎশিং অসিগী লমচৎনচিংবসু মণিপুরগী ইতিহাসগী মরমদা শোয়দনা চংফম থোকই।

লৌথোক—চীংসু তম্পাকসু লৌরবদা মণিপুরগী লৌথোকতি বর্গ মাইল ৮,৬৩৮ নি মাসিগী মস্থুংদা বর্গ মাইল ৭০০ লোমনা তম্পাকনি অতুনা চীংনা তম্পাকতগী শরুক তরাদগীপ্ত হেল্লি।

য়াংবা—মণিপুর তম্পাকনা সমত্রু ঈমাইদগী ফুট ২,৬০০ লুম য়াংই অমসুং চীংনা মফম খরদা ফুট ১০,০০০ লুম য়াং[illegible] মণিপুর তম্পাক অসি খা-নোংপোকপাংনা নেমথৈ।

মীশিং—১৯৩১ ইংগী য়ুমর্কোক থিবদা মণিপুরদা মী ৪,৪৫,৬২৬ শুই, মাসিগী মনুংদা ইম্ফাল সহরতদা মী ৯৫,৬৬৮ লৈ।

নোংতাবা—মণিপুর তম্পাকতা চহিগী ইঞ্চি ৬০ কয়গী নোং তাই। চীংদদি মাসিদগী হেন্না তাবনা নমই।

মণিপুরগী চীংগী হৌরকফম—মণিপুরগী চীংয়াম অসি হিমালয় পর্ব্বতকী মশা লোংথবকপনি। অসিগুম্বা চীংমানশিং অসিনা খাব্রাংদা মনুং ওইমা বর্গমাইল ৭০০ লোম পাকপা তম্পাক অসি কোনতুনা লৈরি। মাইকৈ পূম্নমকতা চীংশিং অসি শাওতুনা মণিপুব তম্পাকতগী অতোপ্পা লৈবাক অমা য়োৌবদা মুমিৎ ৩।৪ নিগী লম্বীদি চীংদা চৎপনা মনমলে। হুজিক ঐথোইনা হব্রা অমদা তোংশিল্লগা নোংমতদা ইবাব্রাদনা ডিমাপুর য়োৌববা অসিদা চাংগী লম্বী অসি করিস্সু লৈতবা ওইনা নিংলবনি। থায়না হব্রা অমস্যুং ষণ গাড়ী চৎপা য়াবা লম্বী লৈত্রিঙৈদদি তম্পাক অসিদগী অতোপ্পা লৈবাক অমদা চৎপা নত্রগা ততোপ্পা লৈবাক অমদগী তম্পাক অসি তাবদি তরাই তগোকপা থবক নৎলমদে। ঈশিংগী লম্বীদা চৎনবা পাম্বৈস্মু লৈ.ত, মরম অসিনা মফম অসিগী লমচৎ অমস্যুং লৈবাকমচা তাবনচিংবা অসি অতোপ্পা জাৎ অমগী ফিদম লৌনবা পাম্বৈ থরা ব্রাৎলমঈ অমস্যুং করিগুম্বা লৈবাক মচা তাবা লমচৎ অমা অমুকতং লৈবাক অসিদা চংখ্রবদি মাতু মতমকুইনা ছোংদনা লৈরমঈ।

পাৎ—মণিপুরদা লোকতাক, ঈকোপ, হৈঙাংনচিংবা অচৌ-পিশক পাৎ য়াম্না লৈরি, মাখোই অসি কুম্বী-কালেন নাইদনা ঈশিং [illegible] নমই। পূম্নমক অসিগী মনুংদা লোকতাকনা মচাওরে [illegible] ওরে। মাসি বর্ষা মতমদা মাইল ৮ শাংই মাইল

লোকতাক্কী মরমদা থংগদবা—অ[illegible] পোম্পী[illegible]তুরগী মাতুগী মরমদা মানা মানা নিংবা অমসুং থ[illegible] হায়নবা অসি তাইবংমী ঐখোইগী হৌনবীনি। লোকতাক [illegible]সু মণিপুরগী অঙকপা অমনি, চীংনা পুমকোই কোইশিনবা [illegible] অসিদা অসুপ চাওবা পাৎ অমা লৈরমগনি হায়বদি কনাসু থাজদবনি, অতুদা লৈরমলে মরম অসিনা মাসিগী মরমদা ঐসু মীসু পংহায় হায়নরি। অতুগা মণিপুর তম্পাক্কী চহি খংদনা মণিপুরগী ইতিহাসগী কুইবা অমসুং কুইদবা খংবা য়াদবগুম লোকতাক্কী তৌরকফম হান্না থিদনদি মণিপুর তম্পাক্কী চহি থিবা য়াদ্রে, মাসি পণ্ডিতশিংনা লোকতাক্কী মরমদা মানা মানা খনবা ৱাখল ময়াম ফোংদোকনখিবদগী থোকখিবনি। মরম অতুনা মফম অসিদা লোকতাক অমসুং মাগা লোয়ননা মণিপুর তম্পাক, অসিগী হৌরকপগী ৱারম খরা ইরি।

মণিপুর তম্পাক অসি হৌরকপগী মরমদা পণ্ডিতশিংনা মরম অনিখোকনা হায়রি। (১) কাংবু অমনা হায়বদি চীংনা কোয়শিল্লিবা তম্পাক অসি ঈশিংনা থনতুনা তরংহৌনা লৈরমঈ। চীংদগী চেম্থরকপা তুরেলনা পুরকপা লৈকুপ মুংকুপ অমসুং চীংদগা কিম্থরকপা লৈবাকনা খর খর ফুনজিল্লকতুনা মণিপুর তম্পাক অসি ওনখ্রিবনি, মাসি চহি কয়া কয়া হৌখ্রবদা তোংলকপনি। ঈশিং মপাক অতুগী লেমহৌবা শরুকনা তুজিক ঐখোইনা লোকতাক কৌনা খংনরিবা পাৎ অসিনি। লোকতাক অসি তুজিকমকসু খর খর থেনজিল্লকই অকসুং পিকশিল্লকই। ঈশিং মপাক অতু খর খর তোংশিল্লকতুনা লৌউবনচিংবদা শীজিন্নবা য়ারকপা অসি চীংয়াদনা হানবা হৌনবনিনা মনাক মনাকতা লৈবা তম্পাক অমুক চীংদগী মী কুমলকতুনা লৌউরে। অহানবদদি মাখোই [illegible] লৌউবতা লাকলগা চীংদা ময়ুমতান্না অমুক হল্লি অতুগা কুইশি[illegible] মাখোই অসি ময়ুমদা অমুক হনদ্রে তম্পাক মাখোইগী[illegible]

অত্তুদা অত্তুমক লৈরে। হুজিক ঐখোইনা মণিপুরদা উরিবা মীশিং অসি মখোই অত্তুগী ধারানি। মাসি ইকুইবু কুইদ্রিবা ইতিহাসনা খংবা মতমগী মনুংদা থোকখিবগুম পণ্ডিত খরনা খল্লি। (২) কাংবু অমনা হায়বনা-লোকতাকতগী মণিপুর তম্পাক থোকখিব'ন হায়বা অত চুমদবা ৱানি হায়বদি পাং অচৌবা অমদগী খর খর কংশিল্লকপা শরুকনা মণিপুর তম্পাক ওনখিবনি হায়বা অসি চুমদে, তম্পাকস্থ অত্তুমক মহৌশাদগী তম্পাক ওইরকই, লোকতাকস্থ লোকতাক অত্তুমক ওইত্তুনা লৈজবকইবনি। ইম্ফাল তুরেল অমসুং মাগী মশামরেংময়াম অসিনা পুবকপা ঈনাংনা তম্পাক অসি ঈচাও থুদিংগী তোংবদি খর খর হেনগৎলি হাঙ্গববু পাংতগী ওনখিবা তম্পাকতি নত্তে। মরম অসিনা তম্পাক অসিস্থ মনাক্তা লৈরিবা চীংশং অসিমুক কুইনা লৈরকলবনি। মাসি হায়রিবা কাংবুদি লৈপাক লৈরোলগী মরমদা ইবা বিজ্ঞান হৈবা মীনি। অত্তুনা মাখোইগী ৱানা হেন্না তাজফম থোকই। অত্তুগা লোকতাক ময়াদা লৈবা মীনা হায়নবস্থ লোকতাক অসি চাওরম্বদগী পিকশিনখিবনি হায়নদে, পিকলমবদগী চাওথোকখিবগী ৱারীদি লৈ। মবমদি মাইকৈ অদোমগী ৱারীদদি লোকতাক অসি লেম্লাকতগী পাক-থোকখিবনি হায়নৈ। মাসিতস্থ নত্তনা মণিপুরগা য়ুমলোন কৈরোন্নবা লৈবাকশিংগী ৱারীদা ইতিহাসনা খংবা মতমগী মমাংদা মণিপুরগী মরমদা য়াওরম্বা ৱারোল পূন্নমক তত্তু তারবস্থ অকোন-বগী অসিনা শোয়দবা যুক্তিনি হায়বদা করিস্থ চিনফম লৈতে।

তুরেল—মমিংচৎপা তুরেলগী মনুংদগী বরাক অমসুং ইম্ফাল তুরেলনা খ্বাইগী মকোকনি। বরাকনা মরামগী চীংথৈপাংবা চীংদগী হৌত্তুনা মখাপাংনা চীংলকতা চেল্লগা কাছাড়দা তম্পাক তাঙ্খে সিলোট য়োৌরবদি মাসি সুর্মা কৌখ্রে। ইম্ফাল তুরেলদি [illegible]গী ময়াদগী হৌরকতুনা ইম্ফাল সহর ময়াই খাইনা মখা

পাংনা চেন্দুনা নিংথিদা অমরগা ইরাবতীগা তিন্নুখ্রে। মণিপুর তম্পাক্তা চেল্লিবা তুরেলগী মথৈ ইম্ফাল তুরেলগী মশাময়েংমক্তনি হায়বা য়াই।

তুরেলশিং অসিদা হিত্তোংতুনা মপান্দগী মণিপুর তম্পাক তান্না কারকপা য়াবা অমতা য়াওদে।

আর্য্য লাকলম্বগী খুদম—(১) ঐখোইনা ইয়ুরোপকী পণ্ডিতশিংগী মচিন্দগী তাই থায়না মমাংডৈদা অব্রা অমসুং খাগী লৈবাক্তা ভারতবর্ষগী লৈবাক মচা তাবা শন্দোকলম্বা অসি মণিপুর ফাওতুনা চৎখিবা ঙাক্তনি। ইতিহাসনা খংবা ঙম্বা মতমগী মমাংদা আর্য্যজাতি কাংবু অমগী মথৎদা কাংবু অমা মথং মথং মণিপুর ফাওতুনা অব্রাগী লাপলবা লমদম য়োনবা চৎলমঈ। মাখোই অসিগী মরক্তা খর খরসু মণিপুরদা খুন্দাতুনা লৈরমঈ। মাসি ভারতকী পণ্ডিতশিংনা ঙাক্তা হায়বা নত্তে ইয়ুরোপকী পণ্ডিতশিংনসু অসুমনা হায়বা য়াম্না য়াওরি।

(২) মহাভারতকী মতুংদসু অর্জ্জুনগী তীর্থ যাত্রাদা মণিপুর য়োরকলমতুনা মাহাকনা চিত্রাঙ্গদাবু লুহোংতুনা বভ্রুবাহন পোকলম্বা অমসুং মতুংদা অশ্বমেধ যজ্ঞগী মতমদা মপামচা লানশোকনতুনা মচাগী মখুত্তা মপাগী মাইথিবা ফংখিবনচিংবগী ৱারী য়াওরি। মফম অসিগী মীনা ঙাংনবসু হুজিক ফাওবা শয়ান পুখ্রি মপান্দা মফম অমা লৈরি মাতুদা অর্জ্জুনগী শগোল ফাফমনি অমসুং তাকয়েল অতুগা তাকয়েল ময়াদা লৈবা লম্পাকশিং অতুদা মপামচা লান শোকনরমঈ হায়নরি। মহাভারতকী চিত্রাঙ্গদাগী মরমদা তাবদা মুঙাইবা ৱারম খর য়াওরি, অশ্বমেধ যজ্ঞগী মতমদা হস্তিনাদা চৎখিবদা অতুপ চাওখ্রবা পাণ্ডব বংশ অতুগী মতুংদসু চাবা থকপনচিংবগী থবক ইংখাং অয়াম্বা চিত্রাঙ্গদানা শিল্লুই

অওইবমক্তি মবাইবুংঙো চিত্রবাহন্না পুত্রিকাধর্ম্ম লৌদহুনা হস্তিনাদা চৎহনবা য়ারন্নবদি দ্রৌপদী অমস্যুং স্যুভদ্রাগুন্না লৈরমগদবা মুপীনি।

(৩) হিন্দুকুশ অমস্যুং গদাবরীগী মরক্তা লৈবা মগধ লৈবাক্কী মন্নুং চল্লম্বা লম অহু খৃঃ ৬০০ কী মমাংদা লৈবাক ১৬ থোকনা খাইদোকখ্রে অমস্যুং মতম খরতগী মন্নুংদা কোশাল লৈবাক অসি য়ামনা চাওখৎলহুনা মাইকৈ পুন্নমক্তা মাখোইগী লৈবাক শন্দোকপা হৌরকলে অমস্যুং কপিলবস্তুগী শাক্য শাগৈস্যু জয় তৌখ্রে। অৱা লৈবাক্কী মহাবাজবংশ কৌবা লাইরিক্তা ধ্বজরাজ কৌবা নিংথৌ অমনা খৃঃ মমাং ৫৫০ দা মণিপুবদা পাল্লমঙ্গ অমস্যুং মানা ব্রহ্মদেশ জয় তৌহুনা লৌখি। মাহুদগী হৌহুনা ব্রহ্মদেশ হাঙ্গবদি অৱা লৈবাক্কী নিংথৌশিং অসি মাগী ধারনি হায়রি। ধ্বজবাজ অসি কপিলাবস্তুদগী লাকপা শাক্য শাগৈগী নিংথৌমচানি। অস্যুম তৌহুনা বুদ্ধদেবনা পোকত্রিঙৈদগীনা ব্রহ্মদেশদি শাক্য শাগৈনা পাল্লে, অস্যুন্না পাল্লম্বা নিংথৌ অসি মণিপুরদগীনি।

খুন্থোকপা—অস্যুম তৌহুনা আর্য্যশিংনা মথং মথং খুন্দারবা অসিবু, মীতৈনা খুন্থোকপা কৌই। মীতৈ লাইরিকতা আর্য্য খুন্দাবা অমগী ৱা ইরি মাহুবু পোইরৈতোন খুন্থোকপা কৌই। কাংবু অসি মুপীনহাগা লোয়ননা লাকঅমঙ্গ অমস্যুং মাখোইগা লোয়ননা সনা, লুপা, য়োৎ, থাং, ফৌ, চেং, লা, শীং, হিংনা চাবা মরম চামানিপাল অমস্যুং থোংনা চাবা মরম চামানিপাল পুরকঅমঙ্গ। মাখোইনা থুংলহ্রিঙৈদা ভম্পাক অসিদা লৈরম্বা মীদি মৈ হৌবা হৈরমদে পোৎ পূন্নমক হিংনা চারমঙ্গ। য়োৎনা শাবা থুজু-খুৎলাই শীজিন্নবা হৈরমদে লৌউবগী থবক তৌহুনা মহৈমরোং থাবা হৈরমদে। পোইরৈতোন্না খুন্দাবা থোরকপা অসি চহি জিশিং খরগী মমাংদনি মহাভারতমক্কীস্যু মমাংদনি। পোইরৈতোন খুন্থোকপা কৌবা মীতৈ লাইরিক অহুদা ইরিবা অহু পারবদি

পোইরৈতোন অমসুং মাগী কাংবু অহু খাগী খাম্রল কবো অমসুং তাংখুল কবুইনচিংবা হাও অহুগা ময়াংনচিংবা জাৎ নত্তে, মাখোই অসি মশানা হায়রিবা জাৎশিং অসিদগী লৈবাকমচা তাবনচিংবদা যামনা থোইনা হেনবনি নিংজবা জাৎ অমা ওইরমই হায়বদি প্রমাণ ফংই।

মীতৈগী ঈ—অসুমনা আযা খুন্দাবা কাংবুনা ইতিহাসনা খংবা মতমগী মমাংদা মথং মথং খুন্থোকপা লাকখ্রবস্ু—হুজিক মণিপুরদা লৈরিবা মীশিং অসি তশেং তশেংনা আর্য্য ঙাক্তনি হাযবদি ইতিহাস মুন্না খংবা মুপানা বৈদৌঙৈদসু হায়বোই। জাৎ অসিগী মনুংদা-লৈবাক ঙাকপগী ব্রাখন্না মকওইনা—খাগী—খাম্রল হাও মরাংনচিংবা জাৎ য়ামনা চংখ্রে। অমসুং চংলকলিবা জাৎশিং অহুবুসু কান্নগদবগী মতুংইন্না মাগী মাগী মতিকচাবা সম্মানগা লোইননা কাংলুপ অমতা ওইশিনখরে। মবম অসিনা হুজিক অসিদা মীতৈগী মরবতা তশেং তশেংবা ঈ অমতসু লৈত্রে। পোইবৈতোন্না খুন্থোকপা মতমদা মুপী লোইনরকপা অমসুং মীতৈ পুরাণগী মৈহৌরোন ইবা মতমদা মুপীগী যুমনাকনচিংবা মুন্না ইবা অসিদগী ঐখোইনা খংবা ঙমই মাখোই অসি অশেংবা জাৎকী মতিকওকপা ইকাইখুম্নবা থমনিংবা জাৎ ওইফম থোকই। অহুম ওইনমক মীতৈমবকতা হুজিক ফাওবা জাৎ অতৈদগী মী চংলকপা তুমন লুখ্রানচিংবা লোবা য়াবা অসিগী মরম খরতং শুপলপনা খন্নশি।

মীতৈ অসি লানপাম্বা নত্রগা পামদবা য়াদবা জাৎ ওইরমই। লান পাম্বা জাৎকী মীশীং য়ামদবা য়াদে অহুগা কুমারী ঙাক্তা খন্দুনা লৈরবসু ময়ুম পানবা মীগী মশীং ব্রাৎকনি, মরম অহুনা হাকনমক নামুংবা মরম লৈত্রবদি তুমন লুখ্রা থিদনা মুপী অমনা

পোকলিবা অঙাংগী মখৈ জাৎ অতুগী মীনি হায়না লৌশিন্নরমঙ্গৈ। অৱা লানথিনবা অমস্তুং অৱা খুন্দাকপনচিংবা পারগা মাসিগুম্বা চংনবী অসি খৱ লৈরম্বতনা মীতৈ কৌবা জাৎ অসি হিংগেদুনা হুজিক ফাওবা পৃথিবী অসিগী মনুংদা লৈবা ঙমলিবনি হায়বা খংগনি। হুজিক ইয়ুরোপমকতদস্তু লানতৌনিংবা ইতালিনচিংবা লৈবাকতা মী পূন্নমক ময়ুম পাননিংবা অমস্তুং ময়ুম পাল্লগা অঙাং পোকনবা হায়বদি মীশীং য়ামথৎনবা আইননচিংবা কয়া শেমলে। অমরোমদা জাৎ অতৈগী মীনা মীতৈ মরক্তা চংলকপদা মাখোইবু অপনবা লৈতনা লৌশিল্লমঙ্গৈ অমস্তুং করিকরিগুম্বা মতম অমস্তুং থোওংনভবা মফম অতৈদদি তশেং তশেবা মীতৈগা করিস্তু খেন্নবা লৈতে অসিগুম্বা মীশিং অসিনা মথৌনা অমস্তুং মতৌক মগুণ উংপা ঙমলবদি লৈবাক্কী অচৌ অচৌবা ফম্মাই ফানাইবা ওইবদা করিস্তু বেৱা লৈতে। মাসি মীতৈ হায়বা জাৎকী পুকচেল চাওবা অমস্তুং শিন্থোং খংবা নত্তনা অতৈ করিস্তু নত্তে। হুজিক মাহাত্মা গান্ধিনা শোবনবা য়াবা য়াদবা কোকনবা হোৎনবিরিবা অসি মণিপূরদদি মমাংঙৈদগী হৌনা য়াবা মখৈ লৌথোকলমমে হায়বা তাই।৮.

৮ পোইরৈতোনগী অহানবা খুন্দাফম—অস্তুম তৌদুনা পোইরৈ-তোনগা লাকমিন্নবা কাংবু অসি লাঙ্গোন অমস্তুং কৌব্রুনা কোনবা লমদা খুন্দাখি। মাখোইনা ইহান হেক হানবদা খুন্দাখিবদি লমদেংদনি হায়না পোইরৈতোন খুন্থোকপা কৌবা লাইরিক অতুদা ইরি। (অওইবমক্তি চীং অনি অসিগী মরক্তা লৈবা লম অসিবু তুরেল লুখাই মঙা ফাংবা কৌবা লম্মহন কৌদুনা পুরাণনা মাসিবু খুন্থোক অহানবগী লৈফমনি হায়নৈ)।

শলাই—মফম অসিদা ঐখোইনা শলাইগী অর্থ থিনবা হোৎ-নৱ্রোই। হুজিক মীতৈশিংগী মরক্তা কাংলুপ তরেৎখক লৈরি।

কাংলুপ অমমম্থু শলাই কৌনৈ,) মাতুদি নিংথৌজা, অঙোম, খুমন, লুৱাং, মোইরাং, চেংলৈ, খাবাঙানবা তরেৎ অসিনি।) শলাইবু য়েক হায়নস্থু খংনৈ, য়েক্কী অর্থদি মচু হায়বদি সংস্কৃতনা বর্ণ কৌবা অতুবুনি। পণ্ডিতশিংনা হায়নবদি হুজিক্কী শলাইশিং অসিগী নিংথৌ মনিংমথা তম্বা অমমম লৈরমঈ মরম অতুনা হুজিক ফাওবা অঙোম নিংথৌ, মোইরাং নিংথৌনচিংবা ফম হাপলিবা অসিনি অমস্থুং মাখোই অসি নিংথৌজাগী নিংথৌনা মথং মথং জয় তৌখিতুনা হুজিক্তি অচম্বা ফম ওইনা লৈখ্রবনি। থায়না মমাংঙৈদদি মাখোই অসি অমনা অমগী মখা পোল্লমদে অমস্থুং ইতিহাসনা খংবা মতমদস্থু মাখোই অসি অমগা অমগা লানশোক্করমঈ। নিংথৌ তরেৎ অসিতা নত্তনা মমাংঙৈদা মণিপুরদা নিংথৌ তরা পাল্লম্বগী হাস্থু পুবাণদা যাওরি, অওইবমক্তি মাসিতস্থু নত্তনা নিংথৌ অতৈস্থু পাল্লম্বা য়াই হায়না পণ্ডিতশিংনা হায়নৈ। অতুম ওইনমক ঐখোইনা নিংথৌশিং অসিগী ৱারী অমমম থিরুদবস্থু নিংথৌজাগী নিংথৌশিংগী ৱারীতা ইরবস্থু মণিপুর ইতিহাসগী খংনিঙাই অয়াম্বগীমখৈ খংবা ঙমগনি।

থায়নগী মীতৈগী লৈবাকমচা তাবা—ঐখোইনা মথকতা উখ্রে, পোইরৈতোন অমস্থুং মাগী কাংবু অতু সনা, লুপা, য়োংথাংনচিংবা শীজিন্নবা হৈরমঈ। হুজিক্কী কালগী পণ্ডিত অয়াম্বনা হায়নবদি কাব্রংতিল য়োকপা অসি থাগী লৈবাকনা হৌদোকখিবনি হায়নৈ অতুগা থাজবা য়াবা পণ্ডিত খরনদি মাসি অহানবদা মণিপুরদগী থোকখিবনি অমস্থুং মণিপুরদগী থাগরোম চংখিতুনা থাগীদগী লৈবাক অতৈ শন্দোকখিবনি হায়বস্থু য়াওই। ঐখোইনা হুজিক থক্লিবা চা অসিস্থু মণিপুরদগী চৎখিবনি হায়নৈ। পোলো কৌবা ওস্থোকপা মিং অমা লৌতুনা জগৎ পুম্নমক ফাওনা শান্নরিবা শগোল কাংজৈ অসিস্থু অহানবদা মণিপুরদগী চৎখিবনি।

(ললোল ইতিক—খৃষ্টাব্দ মমাং চহি ২০০ গী মথক্তগীনা খাগীদগী মণিপুর ফাওত্নুনা কামরূপ অত্নুদগী নোংচুপথংবা ভারত য়োরগা আফগানিস্থান তাখিত্নুনা ইয়ুরোপ তান্না ললোনপোৎ চৎলম্বগী ব্রা লাইরিকতা থেংনৈ। লম্বী অসি ফাওত্নুনা পুখিবা খাগীগী রেশমনা শাবা ফিশিংদি ইয়ুরোপতা সনাগা শিন্নরমঙ্গ।

থায়নগী মীতৈগী জাৎ অমস্নুং শাজং—খৃষ্টাব্দ ৮৬০ দা ইরম্বা খাগী লৈবাক্কী লংফৈ চৎপগী লাইরিক অমদা ফংবদি মতম অত্নুগী মণিপুরগী মীশিংদি ষণ-শা চারমদে অমস্নুং মাখোইগী মরকতা পাঞ্জি হৈবা মী য়ামনা লৈরমঙ্গ। খাগী লৈবাককী লাইরিকশিং অসিদা মণিপুরবু বামোনগী লৈবাক পিশক হায়না খংনরমঙ্গ। অব্রানস্নু মণিপুরবু বামোন নক্রগা ক্ষেত্রিগী লৈবাক কৌনরমঙ্গ। মণিপুরদা পাঞ্জি হৈবা য়াম্না লৈরম্বগী ব্রা য়াৎখিবা অসিগী মরমদা ব্রা অমা অনিদং ইখিশি। মফম অসিগী পাঞ্জিদি থাইনদি অব্রা লৈবাকতা মমিং য়ামনা চৎলমঙ্গ। অব্রা লৈবাককী নিংথৌনচিংবনা মীতৈ পাঞ্জিবু য়ামনা সম্মানগা লোয়ননা য়োকলমঙ্গ। মণিপুর নক্রগা আরাকান লৈবাকলোমদগী অব্রাদা চৎখিবা পাঞ্জি হৈবশিংবু অব্রা নিংথৌশিংনা লমনচিংবা পীত্নুনা অচৌ অচৌবা লাইরিকতক্ষম লিংখত্নুনা মাখোই অত্নুগী ওজা ওইহন্দুনা থম্লমঙ্গ অমস্নুং ওজাশিং অসিনা পাঞ্জি খুৎপাইনচিংবা লেংঅমঙ্গ অমস্নুং গ্রহশিংগী খোংচৎ খংবনা গুরোননচিংবা হোত্নুনা পুথোকলমঙ্গ অত্নুগা করিগুম্বা অরুবা থবক অমা তৌনবা অফফত্নুনচিংবা নুমিৎস্নু মাখোইনা হায়বা ঙমলমঙ্গ।

খাগী লৈবাককী লংফৈ চৎপগী লাইরিকতা মীতৈ ষণ-শা চারমদে হায়বগুমনা মতম অত্নুরাইদা লেংবা জৈমিনিগী অশ্বমেধ পর্ব্বদস্নু মতম অত্নুগী মীতৈবু বিষ্ণুনিংবা আচার ব্যবহার ফজবা অমস্নুং নুপীনা মরা মপুরোইববু লুনা নিংবা জাৎনি হায়না ইরমঙ্গ।

লৈবাক শন্দোকপা—হুজিককী মতম অসিদা মীতৈ অসি লাপথ্রবা ইউনাইটেড প্রোভিন্সগী বৃন্দাবন, রাধাকুণ্ডনচিংবা মফমদা অমসুং বঙ্গদেশগী নদীয়া, ঢাকা, ত্রিপুরা অমসুং আসামগী মফম অয়াম্বদা অরা লৈবাকতা মীতৈ খুন্দাহুনা লৈবা উবা ফংবগুমনা থাইনা মমাংঙৈদসু মীতৈ অসি লৈবাক শন্দোকলম্বগী প্রমাণ ফংই। মথকতা হায়খ্রিবা খৃষ্টাব্দ মমাং ৫৫০ দা মণিপুরগী নিংথৌ ধ্বজরাজনা অরালৈবাক জয় তৌহুনা অরাগী নিংথৌ ওইখিবগী রা য়াওখ্রে। রাজগিয়ো নত্রগা কলেগী নিংথৌয়োলদগীসু খংবা ঙমই খৃষ্টাব্দ ৬৩৯ দা মীতৈ লানমীনা কলে কোন্নুং জয় তৌরমগ্নী।

লানপাম্বা জাৎ—অরানা হন্নাহন্না মণিপুরদা লান্দারকপা অমসুং য়ারবদি মাখোইনা পুল্লপ খুদুমচনবা ঙমদবা জাৎ অসিবু পৃথিবী অসিদগী পূমমুং মুৎথৎলগে হোৎনরম্বদগী লেম-হুনা মরৈহৌরিবা জাৎ অসিনা লান য়ামনা পাম্বদগীনি। থায়নগী মীতৈগী মরু ওইবা শিনফমদি লাকনফানবা, চেনাচোংবা, থাংতাগা লোয়ননা শান্নবা, খৌশাবনচিংবা অসিনি। লানফমদা মমাই ওন্দনা শিবা মীদি সনাতনধর্ম্ম ফংই পাপ অমুক চংবা লৈত্রে নরকতাবা হৌনদে অমসুং লানফমদি রণগঙ্গা কৌহুনা অমাংবা লৈতে অসিনচিংবা অসি কন্না থাজনরমঙ্গী।)

শগোল লান্মী—মণিপুরগী শগোল তোংবা লান্মী অসি মমাং-ঙৈদা ফাওরমঙ্গী। অরা ঙাকনবগী মরমদা শগোল তোংবা লান্মী অসি ওস্থোকনা কান্নরমঙ্গী। লৈবাক অতৈগী শগোল তোংবা লান্মীগা মীতৈগী লান্মীগা খেন্নবা অমা লৈ, মাহুদি—অরাম্বাই তেন্দোং হায়হুনা শগোল শাবনদা তেন্দোং অমা য়াল্লমঙ্গী, মাসিদগী তেঞ্জৈ অহু শৎতুনা হুনবদা লান তকশিনবা মতমদসু হন্দোকপা মতমদসু য়াম্না কান্নে। অরানা মীতৈ শগোল তোংবা লান্মীবু অসুপকী মতিক লুনা নিংলমঙ্গী, অরা লানগাইনবদা খোমথিবা

মীতৈ মখৈনা অৱা লৈবাকতা শগোল তোংবা লাম্মী অমা শেমদুনা অৱা নিংথৌনা থনমঙ্গ, সরকারগা অৱাগা অহানবগী অৱা লানশোকনবদা অৱানা মাখোইবুস্মু পুথোকঅমঙ্গ।

হিয়াং অমস্মুং শগোল কাংজৈ—হিয়াং অসি মণিপুরদা ইহান-হানবদা লুৱাংনিংথৌ পুনশিবনা হৌদোকলমঙ্গ হায়নৈ, লুৱাং গুরু পুনশিবা অসি চাওৱাকনা খৃষ্টাব্দ চামরি শুবা অতুৱাইগী মী ওইবা য়াই। মণিপুরদা শগোল কাংজৈস্মু লুৱাং নিংথৌ পুনশিবগী মতমদগী হৌদোকপনি হায়নৈ। লুৱাংজিংদা শগোল লাকপা চীংজিন কৌবা চীংচিন অমা লৈবা অতুগী ময়াদা লুৱাং গুরু পুনশিবগী শগোল লাকফমনি হায়নৈ।

জগোই ইশৈ—মথক্তনা হায়রে মীতৈ অসি লানমকতগী খন্দুনা লৈরম্বা জাৎনি, অতুমনদি ওইরবদা অমরোমদস্মু মাখোই অসি জগোই ঈশৈনচিংবা কলা বিদ্যাস্মু থমথেংনা পামলমঙ্গ। কুমথুদিংগী লাইহরাওবদা জগোই শানবা নুপীনহা পূন্নমক জগোই তম্নরমঙ্গ। হুজিক Oriental Dance হায়রবদি নোংপোকলোমগী জগোই কৌহুনা জগৎ পূন্নমক ফাওনা শন্দোকখ্রিবা অসি জয়সিংহ মহারাজনা হৌদোকলম্বা মণিপুরগী রাস লীলাদগী থোকখিবনি হায়রবদা অথংবা মী মখৈদি করিস্মু য়াদবা তৌরোই। ফাওরবা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী শান্তি নিকেতন মক্তদস্মু মণিপুরগী পুং ঈশৈ অমস্মুং রাসলীলাগী ওঝা থমলিবনি। চহি খরতা মডাইরি জার্ম্মনিদগী লাইব্রিক হৈবা পণ্ডিত অমা মণিপুরগী জগোই য়েং-নিংবনা মরু ওইনা মণিপুরদা লাকলমঙ্গ।

ফিজেৎ—থাইনা মমাংঙৈদদি মণিপুরগী নুপীশিংদি কুমিন শেৎলম্বগী প্রমাণ ফংই। কুমিন অসিগী মপানদি ফিরিহুনা শোল্লমঙ্গ। নুপানা ফৈজোম কুঞ্জা নাইনা শেৎলমঙ্গ L মুকনা

শানবা, হিতান্নবা, অমগুং তৈতে অতৈ মীমাং থোকনা অকল অথোগী থবক তৌরমদাইদা কৈজোম অদু তাখিদনবা নিংখম কৌবা ফি অমনা খ্বাংদা পুল্লমঙী মাসিগী মথকতা ফুরিং অমা মুপীসু মুপাসু মাগী মাগী মতিক অমসুং মথৌনাগী মতুংইন্না লুপা সনার্নচিংবনা কোঙ্গোন থিন্দুনা ফুরিংশিং অদু লৈতেংনরমঙী। মুপীগী ইনফিদি কালেন থাদা লমথাং কৌদুনা য়াম্না পারবা ইন্নরমঙী কয়া মতিক পারম্বগে হায়বদি মখাগী "শন্দোকলা শরাশন পাইশিল্লা খুদাপলাক" হায়বা পেনা ইশৈদা থাবা অসিনা খংবা ঙমগনি। খোংগী লৈতেংনা মুপানা খুকুম অমসুং হুজিক পাখংশিংনা শেন্দল বৌদুনা উপনবিবা অসিগুম্বা শউন্নচিংবনা শাবা খুগ্রাং কৌবা অমা উপলমঙী অমসুং মুপী নগানা ফিগী খুদোন খোংউপ অমসুং মুপী হমু হমন্না ফিনা তুবা খোংউপ খুরাইকাবী অমা নিংথমথাদা উপনরমঙী। ইনাককৈরাকখুনবা মীনা কাব্রংনচিংবনা শাবা ফিরোল অমসুং লাইরবনা লংজমগী ফি শেংনরমঙী।

মচু মখলমখা অয়াম্বগী ফি লৈরমঙী। ফিশিং অসি অয়াম্বগী মখৈ মোইথাপ নাইদুনা ময়ুম ময়ুমদা শাবনা নমলমঙী। খৃষ্টাব্দ চা তরানিপালগুবা জয়সিংহ মহারাজগী হাকতক অনানা হৌজা হৌজা লৈবাক থুগাইরবা অসি ফাওবা মীতৈগী লংগী মমিংচৎপা অসি করিসু ময়েং তারমদ্রি হায়বা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানিগা জয়-সিংহ মহারাজগা ইনবা সন্ধিপত্র অদুদগী খংবা ঙমগনি। হুজিক কালদা ফি অমসুং লং শংনবা মচু মখলমখা অয়াম্বা মীবৈবাক্তগী লাক্লুনা শংনিংবা মচু শংনবা খুদোংচাবা অসিগুমনা থায়নদি লৈরমদে। ফি অমসুং লংশিং অসি লৈবাক অসিগী উনাশিংনা-নচিংবনা শংনরমঙী। অদুম ওইনমক মচুশিং অদুদি পংনা কোক-পিরমদে অমসুং শিথরমদে।

খোংদগী থোকপা—মণিপুব তম্পাক অমস্তুং চাংগী অয়াম্বা মফমদা থুমহি থোকপা খোং য়াম্না লৈ। থুমহি অসি শোকলগা লোনহুনা শুংবা থুমতা চাহুনা মীতৈ পূন্নমক পাল্লমঙ্ঈ। ককচিং-নচিংবা লমদমদা য়োৎ শুংলমঙ্ঈ। অওইবমকতি মণিপুর তম্পাক্কী মফম অযাম্বদা য়োৎ ফংবা লম যাম্না লৈ। হুজিক অসিদা ঐখোইনা মাহু লৌহুনা লৈবাক্কী নোম্বা অমস্তু, লন চাওখৎনবা হোৎনবা ব্রাৎপদগী য়োৎকী মচাকশিং অসি মচি অমমমদা মীনা খোশাবিদা অমস্তুং খংবিদনা লৈববননি। জযসিংহ মহাবাজগী মতম ফাওবা শোকপাওবোমদা সনা থোকপা খোং লৈবম্বগী খুদম ফংই। অওইবমক্তি নোংপোকথংবা চাং অসোমদা সোবি সনানচিংবা ধাতু মথলমখা অযাম্বা অমস্তুং তম্ফানচিংবা নু, মমল অযাম্বা অমস্তুং নুংঙ্গৌ অহুগা শুনুমুংনচিংবস্তু মণিপুবগী চাংশিং অসিগী মফম মফমদা অথোইঅহেন নাইনা ফংই অমস্তুং ফংগনি। অওইবমকতি নোংপোকথংবা মাইকৈ অসিবু মীতৈ পুবান্দা "চোইনৌ সনাবোনগাবম" হায়বদি সনানচিংবা ধাতু লাকফম মাইকৈ কৌনরমঙ্ঈ। চহি লিশিং অনিকুমগী মমাংদগী হৌনা শেঙ্গেংনা শেল শাহুনা চংনবম্বগী খুদমগী মশক ওইনা হুজিক শেলমখাই খবা ফংলে।

চে—শুনচিংবা লিমোনগুম্বা মশিং অমা শুগাইবগা চে হৈরমম্বা হুজিক ফাওবা মাসিবু মীতৈ চে কৌহুনা কনা কনাগুম্বনা শীজিন্নরি। মাহুদস্তু নত্তনা আগোরবাক কৌবা উকু অমস্তু চে ওইনা শীজিন্নরমঙ্ঈ।

# পন্দুপ অনির্শুবা।

নিংথৌজাগী নিংথৌ অহানবা—পাখংবনা ইহানহানবা নিংথৌনি। পাখংবনা লাইস্না পাননৈ, মাহাকতি মথকতা হায়খিবা পোইরৈতোনগী মচনন্নুপীনি। পাখংবা অসি কনা অমনা লিনগী মশক লৌদুনা লৈস্নু হায়নৈ কনা অমনা পাখংবদি গুরুগী মচান্নুপানি সনামহিগা মাগা মচিন মনাও অনি অসি পোকমিন্নবনি হায়বস্নু য়াওই কনা অমনা পাখংবদি পুরৈরোম্বনা নুমিত্তুগী পূরকপা নোংলুম্নু য়াবিরোকনা কোন্দুনা পোকপনিস্নু হায় অমুক করি করিগুম্বা লাইরিকতা লোইতাম থাজা পাখংবা হায়দুনা থাবু পাখংবা কৌবনি হায়বস্নু য়াওই। পাখংবনা মণিপুরদা পাল্লম্বা অসি খৃষ্টাব্দ ৩৪ দনি। চহি ১২০ নিংথৌ ওইরমঈ।

খৃষ্টাব্দ ১৫৪ দা খুয়োইতোমপোকনা নিংথৌ ওই। মাগী হাকতকতা পুংয়ৈবা হৈবা মী লৈরম্বগী প্রমাণ ফংই। মহাক চহি ১১০ পাল্লমঈ।

খৃষ্টাব্দ ২৬৪ দা তাওথিংমাংনা নিংথৌ ওই। তাওথিংমাংগা ময়াম্ম য়োইমোংবগা মচিন মনাও অনি তুরেল তেংবা চৎপদা লিলোংদা ফুনান তেলহৈবগা নিঙাই তৌনদুনা ফুনান তেলহৈবগী তেন্না পান্দুনা তাওথিংমাংগী মশাদা ঈ থোকখি। অদুদগী চৎথখিবনা লোকখা হাওখা কৌবা খুন য়োরগা মচিন মনাওনা কাকয়েন মীওম্বা ফাদুনা হাৎলি, খুল অদুস্নু লোইচল্লমঈ।

খৃষ্টাব্দ ৩৬৪ দা খুই নিঙোনবনা নিংথৌ ওই। মখাগী নিংথৌ অদুম অমগা মরি অসিগী হাক্তকতা থোইদোকপা খংবদা কান্নবা থৌদোক পুরাণদা থাদে।

খৃষ্টাব্দ ৫৩৮ দা শমৈরাংনা নিংথৌ ওই। শমৈরাংগী মনাও মমা তিন্নদবা থমংলাংনা ইহানহানবা নিংথৌজাগী য়ুমনাক তাবা হৌই। শমৈরাংগা অঙোম নিংথৌ কাকপা থৱানথাবগা লানশোকনদুনা শমৈরাংনা কাকপা থৱানথাববু হাত্তুনা অঙোম লোইচল্লি। লালঙম্বগীদমক শমৈরাংনা অকলঅথৌ পুন্নমক চাকখাংখি।

খৃষ্টাব্দ ৫৬৮ দা উরাকোন্থৌবনা নিংথৌ ওই। উরাকোন্থৌবগী মচান্নুপা নাওথিংখোং কৌবা অমা অঙোমদা য়াওং ইন্দুনা লৈরমঈ। মতম অদুদা অঙোমনা লুৱাংগী লম হাওকপ চৌংশাং খুনফম ঙাংজেংদা লাল তারুগে লাকপদা উরাকোন্থৌবগী মনাই কদেম শোইশেনববু থৱা তাথিনা তৌরংলে। কদেমশোইশেনবনা উরা-কোন্থৌবদা তাকউদুনা উরাকোন্থৌবনা অকলঅথৌ ময়াম পুদুনা মাখোইনা হল্লক্কদবা লম্বীদা লুমদুনা তুমনা হাংলে। মী তরাতা হিংনা চেনখি, পাও অসি অঙোমনা তাবদা শাওরদুনা মচান্নুপা নাওথিংখোং হাংলগনি হায়না লাকলবদা মতু লিকলু লৌথিবীগী খুজিন্দগী অঙোমগী মথুংতগী চেন্দুনা হিংখি। মাসি মখাদা নিংথৌ ওইরক্কদবা নাওথিংখোং অদুনি।

উরাকোন্থৌবগী হাকতকতা মীতৈনা কলে কোম্বুং লোইচল্লম্বগী ৱা কলেগী নিংথৌরোলদা য়াওরি। উরাকোন্থৌবগী মতুংদা চহি ৫ নিংথৌ পান্দে।

খৃষ্টাব্দ ৬৬৩ দা নাওথিংখোংনা নিংথৌ ওই। মাগী হাক্কতা খৃষ্টাব্দ ৭০৭ কী অদুৱাইদা পোংনিংথৌ সুকানফাগী মনাও সুপা শামলুংনা নোঙ্চুপলোমদা লান চংলুবদগী মণিপুর ফাওদুনা হল্লকই। মাহাক নোংপোক ইংখোলদা চহি তরা লৈরমঈ। মাহাক ঈরিল তুরেল মরিলইন্না চংখি। পোংনা লৈরমঈ হায়বগী পুৱাণদা নোংপোক ইংখোলবু অপোং ইংখোল কৌই

খৃষ্টাব্দ ৭৬৫ দা খোংতেকচানা নিংথৌ ওই। মানা ফমদৌ ৬৪ গা লোয়নহুনা লাংজা লৌপু.ফৈ হায়বদি চীংমৈরেংগী 'মখা কবো লৈকাইগী অব্রাংপাংবা অদোমদা শাতানবা চৎলুবদা ফমদৌ ৬৪ মক ঈশিংদা তাহুনা লোং পাইবা অমতা হিংহৌই, অতৈ লোইনা শিখি। লোংজম শাগে অসি হিংহৌবা ফমদৌ অদুগী ধাবনি।

মহাক্তকতা মোইরাংগী অথোবা ৬৩ না মীতৈদা লাম্তারকপবু মীতৈনা মোইরাং লোইনা হাৎহৌই।

খোংতেকচাগী মতুংদা চহি ১১ নিংথৌ পান্দে। খৃষ্টাব্দ ৭৮৪ দা কৈরেনচানা নিংথৌ ওই।৮

খৃষ্টাব্দ ৭৯৯ দা য়ারবনা নিংথৌ ওই। নিংথৌ অনি অসিগী হাক্তকতা থোইদোকপা থৌদোক অমতা উদে।

খৃষ্টাব্দ ৮২১ দা অয়াংবনা নিংথৌ ওই। মীতৈ শাদানবগী শা চেনশিনখি হায়রুনা খুমনগী লমদা মীতৈনা চৎলুবদা খুমননা শাওহুনা লাল ওইনা হৌরক্লুনা শোকনবদা মীতৈনা ঙমহুনা খুমন মুপা ৪ ফারকই। অয়াংবনা শরি লাংখোং ব্রাংমা লান্না চোংবা ঙমই হায়হুনা মাবু শরি লাংখোং চোংবা কৌই।

ব্রাংখৈ লৈকাইরোমদা অয়াংপল্লি কৌবা অমা লৈবা অদু অয়াংবগী হাক্তকতা থোল্লম্বনি।

খৃষ্টাব্দ ৯১০ দা নিংথৌজেংনা পাল্লি. হাওগৈদা লান তারুবদা হাওগৈ ঙমহুনা শল্লোক য়ামনা খোমলকই। খৃষ্টাব্দ ৯৪৯ দা চেংলৈ ইপাল লাম্থাবনা নিংথৌ ওই, লুব্রাংলি তুরেলদা লুব্রাংশী কাংবুনা হি তোংহুনা লাকপদা চেংলৈ ইপাল লাম্থাবগী মীম

লোইনা ফাহুনা পুরকই। খৃষ্টাব্দ ৯৬৯ দা য়াংলৌ কৈফাবনা নিংথৌ ওই, ফনেক ফিবানদা খোইলোনবা অসি মাগী হাক্তক্তা হৌদোকলমই।

খৃষ্টাব্দ ৯৮৪ দা ইরেংবনা নিংথৌ ওই, ইথাইদা মোইরাংগা লান শোকনরুববু ঙমলকই। ইরেংবনা অমুকসু তাকনখাদা খুমনগা লান শোকনরুববু ঙমলকই। শংলোন কৌবা লাইরিক অতুদা য়াওবদি ইরেংবগী হাক্তক অসিদা হাওমচা লোইশং লিংই হায়রি।

খৃষ্টাব্দ ১০৭৪ দা লোইয়ম্বনা নিংথৌ ওই, হাকতক অসিদা লাল্লুপ কাবদি পানা ৬ থোকনা কাখি। শেকতাদা শাথোকপা ঙাথোকপা থুমথোকপা ফাল অমা লৈ হায়না তারহুনা লোইয়ম্বনা পীয়ু হায়বা য়াদবগী মবাই অঙোম নিংথৌ থাহুনা শেক্তা শোকনহন্দুনা ঙমই, অমসুং হাওকুদা লোইপোৎ থৌরুবা পীরক্তে হায়হুনা নিংথৌ ময়াম্মা থাহুনা শোকনহল্লুই।

লৈহৌদা লোই থৌরুবদা অচৎপা মী চাক পিজরক্তে হায়হুনা লোইয়ম্বা মশা চৎনা লানশোকনরুই লৈহৌ ঙমই, লানফম অসিদা ঔগ্রী শকপা হৌখি।

খৃষ্টাব্দ ১১২২ দা লোইতোংবনা নিংথৌ ওই, নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা কাং শান্নবা হৌদোকখি।

খৃষ্টাব্দ ১১৫০ দা অতোম য়োইরেম্বনা নিংথৌ ওই। মাহাকনা মনাওম্নুপা তাম্থোক্লুনা খুমনদা চেনখি

খৃষ্টাব্দ ১১৬৩ দা ইরাস্থাবনা নিংথৌ ওই, মহাকনা উচিরাদাগা লানশোকনবা চৎলুবদা খুমনগী মহারাণীনা লৌকুম্বা

য়েংলম্ববু হাৎতুনা পুরকই। মাতুগী মুঙাইতবনা খুমন মথৈ য়াওরোয়োমদা লান কারকই। মৈতৈগা শোকনবদা মৈতৈনা ঙমলকই।

খৃষ্টাব্দ ১১৯৫ দা থরানথাবনা নিংথৌ ওই, চৗংশোং হাওলান নাই ঙমই। খুল অড়মু মৈ থারমঙ্ই। মাহাকনা কোইজিং কোইমহৌদা লান তাখিবদা থরা লানজেংশোই ফারকই অতুগীদমক মাবু থরান্থাবা কৌই, অবাংলম ইরো দমু লান শোকনখি লান খর ফাই।

নিংথৌ অসিগী হান্তকতা লান য়ামনা শোকনখি। নোংচুপ-লোমদা ইয়ৈ মপান্থাবা অরোং হাওখুনমু লান শোকনৈ, লান ঙমলকই। লাংমৈথেৎমু ঙমই।

খুমননা হৈয়েম খুনজান লান নামিন্নসি নেক্তুনা থরান্থাবা হিয়াহিয়েল তোতুনা লান চৎলি। লান ঙমলকই। মতুংদা মচানুপী চীথৈথানবীগী রাথোক্তগী থবান্থাবনা খুমননিংথৌ পুনশিবগা লান শোকনৈ, খুমন ঙমই। খুমনগী শৌবনয়াইমু লোকলকই।

খৃষ্টাব্দ ১২৩১ দা চীথাং লান্থাবনা নিংথৌ ওই। মহাকতক্তা খুমনগা লান শোকনৈ। নোংপোকলোমদা কামুগা লান শোক-নবদি ঙমই, কামুনিংথৌনচিংবা ফাই।

খৃষ্টাব্দ ১২৪২ দা থিংবাইশেল হোংবনা নিংথৌ ওই, চহি মঙা পাল্লমঙ্ই।

খৃষ্টাব্দ ১২৪৭ তা পুরানথাবনা নিংথৌ ওই, পোইরৌদা খুমনগা লানশোকনৈ, অরাংলৈথামপোক্তমু লান শোকনৈ। খোংজিয়াইল-বোকতমু চকপগা লানশোকনৈ। চকপা ঙম্রকই।

খৃষ্টাব্দ ১২৬০ দা খুমোম্বনা নিংথৌ ওই। মহাকতক্তা অরাং-লোমদা থঙ্গাল হাওথুনগা লানশোকনবদা হাওখুন ঙমলকই।

কবো লানকারকতুনা খুমন তানখাইররবদা খুমননা মীতৈ নেবলতুনা খুমোম্বা লানপাংবা চৎলি, খুমন অমসুং মৈতৈ অনিগী মমাংদা কবো খাংবা ডমত্রতুনা কাইতুনা চেনখ্রে।

খৃষ্টাব্দ ১২৭৮ দা মোইরাম্বনা নিংথৌ ওই, লৈতাংদা খুমনগা লানশোকনৈ, নিংথৌখোংদা মোইরাংগসু লানশোকনৈ। মকিহাডদা লানশোকনরুববু ডমলকই।

খৃষ্টাব্দ ১৩০২ দা থংবিলাম্বাবনা নিংথৌ ওই ; মরিং লাননাই ডমই। নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা মোইরাংগা মীতৈগা, মোইরাং নিংথৌ চিংখুতৈলহৈবগী মচান্নুপী পীদবগী, লোকতাকতা হিতোংতুনা লানশোকনৈ।

খৃষ্টাব্দ ১৩২৪ দা কোয়াম্বনা নিংথৌ ওই, নোংচুপ কোয়াং ফাই লানশোকনৈ। অমসুং কৌবা হিংলেনচীংদা ময়াং লানতারক্তুনা লানশোকনৈ। লানখর ফাহৌই। লম্মাংদোংদসু চকপগা লানশোকনৈ।

খৃষ্টাব্দ ১৩৩৫ দা তেলহৈবনা নিংথৌ ওই, হি তোংতুনা চাইরেল থৈজংপুংদা হৈবেম খুঞ্জানগা লান শোকনৈ, ডমলকই। য়াংফম চাকলিক পোকতা মরেম হাওগা লানশোকনৈ।

খৃষ্টাব্দ ১৩৫৫ দা তোনাবনা নিংথৌ ওই, চহি মঙা পাল্লমঈ।

খৃষ্টাব্দ ১৩৫৯ দা তবুংবনা নিংথৌ ওই, য়াংফম চাকলিক পোকতা মরেম হাওগা লাল অমুকহন্না শোবনৈ। অম্না লোমদা চীংশোং হাওনা লোইপোৎ পীদবগী লানশোকনবা চৎখিবদা চীংশোং নিংথৌ খাম্লংবনা মতুগী মলোমদগী তবুংবগা মনাই অকাওজমচা তোনখৈবগা অনিমক হাৎখি।

খৃষ্টাব্দ ১৩৯৪ দা লাইরেম্বনা নিংথৌ ওই, চহি মঙা পাম্লমঙ্গ।

মাগী মতুংদা চহি মঙা নিংথৌ পান্দে।

খৃষ্টাব্দ ১৪০৪ দা পুনশিবনা নিংথৌ ওই, মোইরাংশোইবুংদা লান্দারুই। থাঙ্গা কম্বোংগা লানশোকনবসু লান ওমই। তাম্খুল মোম্বোগসু লানশোকনৈ।

অবাং কৌক্রুরোমদা লৈবা কোইরেংদা লান্তারুই, ওমলকই, মরিংগসু লানশোকনৈ।

খৃষ্টাব্দ ১৪৩২ দা নিংথৌখোম্বনা নিংথৌ ওই। অঙোমগা মীচং ওইদুনা মোইরাং লান শোকনৈ।

নিংথৌখোম্বনা অক্লাদা লানতাখিবৈদা, তাম্খুল চীংশাং হুপনা মহারাণী লিম্বোই ওঙ্গীনচিংবা খোমগে লাকপবু মীতৈনা ওমহৌই। নিংথৌখোম্বসু অক্লা ওমলকই।

## পন্দুপ ৩ শুবা।

খৃষ্টাব্দ ১৪৬৭ শুবদা ক্যাম্বনা নিংথৌ ওই।) নিংথৌ অসিগী হাক্তকতা মীতৈগী হুজিক চৈরাওবা সুমিত্তা চৈথাবা হায়দুনা তৌরিবা অসি খৃষ্টাব্দ ১৫৮৪ দগী হৌনা তৌখি। শক্তিবু চৈরাওবা সুমিত্তা মাসিগী মমাংদদি খোকব্রাশাং অমগী মতোনদা শরিক থাংলগা সুপা অমনা মাতু পায়দুনা শরিক মখোন খ্রিং খ্রিং লাওবগা লোইননা লৈরক খুল্লক খুদিং চৎতুনা চহি লোইবা

নুমিৎনি তাক্লমই। চৈ পাইদুনা লাওই হায়দুনা চৈরাওবা কৌই, অমসুং চৈ পাইদুনা কোয়না লাওবা অসি তোকখ্রবমকসু হুজিক ফাওবা চৈরাওবা কৌনরিবা অসিনি। চৈরাওবা অসিগী মহুৎতা নিংথৌ অসিগী হাকতক শকাব্দ ১৪০৬ শুবদা হিয়াং লোইনা চৈথাবা হৌই। চহিগী অরোইবা নুমিৎতা চৈথাবা নুপা অসিনা (চৈ + থাদোকপা = চৈ পাইবা তোকখিবা) নিংথৌ অমসুং অঙোম নিংথৌনচিংবা লৈবাক্কী অঙম অথৌনচিংবা মীয়াম মমাংদা চহি লোইরে হায়বা খংহল্লমঙ্গ। চৈথাবা মী অদুনা থৌদোক অদুগী নুমিত্তা লোনবা মরোল অদু পারগা খংবা ঙমগনি, মীতৈ নিংথৌগা অঙোম নিংথৌগা অনি অসি মতম অদুদা পুকচেন তিন্নবা নিংথৌ মমান্নবা ওইনা লৈরমঙ্গ। হায়বদি হুজিক অঙোম নিংথৌনা মীতৈ নিংথৌগী মখাৎপোনবা অসিগুমনা মখাৎপোনবা নিংথৌ ওইরমদ্রি। চৈথাবা অসি হৌদোকখিবা কুমদগীদি চৈথাবাশিং অসিগী মমিংগা লোয়ননা শকাব্দ থাদুনা চহি অদু খংনখ্রে, চৈথারোল কুম্বাবা অমসুং কোরি কোম্পাক অমসুং নুংদা ইরম্বনচিংবা লাইরিক পূন্নমক্তা মাসি চৎনরমঙ্গ অমসুং হুজিক ফাওবা জন্মকোষ্ঠীনচিংবসু মাস্নুমনা ইনরি। চৈথাবা হৌখিবা অসিগী মতুংদগীদি চৈথারোল কুম্বাবা কৌবা পুরাণ অসি মরু ওইবা থৌদোক পূন্নমক শোক্কা লোয়ননা ইরে। খৃষ্টাব্দ ১৪৭০ দা মীতৈ .নিংথৌ ক্যাম্বগা পোংনিংথৌ খ্যিকখোমফাগা মীচং ওইদুনা কবো ক্যাং খমপাৎ নামিন্নৈ, খমপাৎ ঙমই। নিংথৌ অনি অসিগী ইনাককৈরাকখুনবগী মতৌ উংপা চৈথারোল কুম্বাবদা ইরিবা ব্রারোল অদু মফম অসিদা ইদনা তোকনিংদ্রে। নিংথি তুরেল মফৈদা লম ১০০ পাকপবু সনা লুপানা থোং শাদুনা নিংথৌ অনি লাম্মিন্নৈ। সনা লিফক মথকতা সনাগী তাংবন থাদুনা নিংথৌ অনি সম্মিন্নৈ। সনরুক অমতদা হামিন্নৈ অমসুং সনাগী পাত্র অমতদা থকমিন্নৈ।

পোং নিংথৌগী খুদোনগী মরক্তা বিষ্ণুচক্রে শালগ্রাম অমসুং পোংনিংথৌ কাগোক কৌবা সনাগী কাগোক অমা খ্যিকখোম ফানা পুরকপদা য়াওই হায়নৈ। বিষ্ণুচক্র অসিগী মরমদা হুজিক ব্রাহ্মী য়ামনা থোবক্ত্রে, অওইবমক্তি মথক্তা হায়খিবা থায়নদগী হৌনা বিষ্ণু উপাসক ওইবা মীতৈদা বিষ্ণুচক্র অমা পীরুরবদি য়ামনা হরাওরমগনি খন্দুন' পোংনিংথৌনা খুদোল পোং ওইনা পুরকপনি। লম্মাংদোংদা থোংজাওরোক তুরেনগী মথাদা শোরোক্তৌদি মনিংদা ক্যাম্বা মহারাজনা লৈরম্বা কোম্মুং মফম অমা লৈ, মাতুগী মনাক্তা হুজিক ফুবা অমনবা অমা লৈরিবা অমা বিষ্ণুচক্র অসি লাংফমনি হায়নৈ, অমসুং মফম অসিদা বিষ্ণু লাৎলমঈ হায়বগী লম্মাংদোংগী অতোপ্পা মামং অমা হুজিক ফাওবা বিষ্ণুপুর কৌনরি।

খৃষ্টাব্দ ১৫০২ দা ময়াং লাল হৌরকতুনা অঙোম নিংথৌ লোইজাঙম্বনচিংবা লান চৎলি, ময়াংনা তকাশিল্লকপনা হেন্দুনা মজাইবুঙো নোংথোনবনচিংবা থোমজিল্লি। হন্দক্কী খোংচৎ অসিদা নোংথোম্বা অসি ইয়োই থরোবা তোংতুনা শাল্লি। ময়াং ঙম্লকই। লৈপুং অচৌবা অমগা অপিশক অমগা অনি থোল্লমই।

কোইরেম্বা—খৃষ্টাব্দ ১৫০৭ তা কোইরেম্বনা নিংথৌ ওই। খৃষ্টাব্দ ১৫০৯ গী হিয়াঙ্গৈ হি তোংবদা মহারাণী লুব্রাংবীবু ইকাইবা পী হায়তুনা মপা অঙোমনিংথৌ লোইজাঙম্বা ব্রারৌখি অমসুং লাংমৈবুংদা চাক খাংবদা মচানুপী খামহৌই। খৃষ্টাব্দ ১৫১০ দা খোইবু ঙমই।

লমক্যাম্বা—খৃষ্টাব্দ ১৫১১ দা লমক্যাম্বনা নিংথৌ ওই। খৃষ্টাব্দ ১৫১৪ দা লমক্যাম্বা হি তোংই। খৃষ্টাব্দ ১৫১৯ দা অহানবা লাইথোকপগী ব্রা থেংনৈ। খৃষ্টাব্দ ১৫২১ দা শিখোং ঙমই।

নোংইনফাবা—খৃষ্টাব্দ ১৫২২ দা নোংইনফাবনা চহি তরাতদা নিংথৌ ওই। খৃষ্টাব্দ ১৫২৩ দা নোংইনফাবগী মমাবু অঙোম নিংথৌ ক্যাম্বনা লৌরে। অঙৌপাম্বা ক্যাম্বনা উরেকশেক চাশংবা চিনবা উবদা নোংইনফাবগী মমা চংনিংফাবিনা. অঙোমদি মাহু চিনবা হৌনদে মীতৈতনা চিনবনি হায়রুদুন. ক্যাম্বনা নোংইনফাবা মমা মচামক হাংতোকলে।

কবোম্বা —খৃষ্টাব্দ১৫২৩ দা কবোম্বনা নিংথৌ ওই। খৃষ্টাব্দ১৫৩২দা তখেল লাল শোকনে লাল ঙমই। খৃষ্টাব্দ ১৫৩৩ দা তখেলখোং তৌই। খৃষ্টাব্দ ১৫৩৪ দা শমজোক ঙমই, খৃঃ ১৫৩৫ দা তেখাও লম্বী ফাংলি, তেখাওলৈমা খোংনাম্বাসু তেখাওদা খাজে। শামু তেখাওঙম্বসু থোরকই তেখাওরু শাবসু হৌই। খৃঃ ১৫৩৮ দা কবোম্বা হিয়াং তোংই।

তাংজাম্বা—খৃঃ ১৫৪১ দা তাংজাম্বনা কবোম্বা তাম্থোক্লুনা নিংথৌ ওইরে। চুমনা তাম্থোকপদা নক্তনা মথরাইসু হাংলে। নিংথৌ অনি অসিগী মরি থিবা হুজিকফাওবা অরুবা ওইরে। শঙ্গাই ফম্মাংদদি তাংজাম্বা অসি কবোম্বগী মচানি ইরি, চৈথারোল কুম্বাবগী মতুংইল্লবদি তাংজাম্বনা কবোম্ববু চহি অহুম চংচং হল্লি। মাহুনা মাহু ওইরে তাংজাম্বনা পাল্লবদা থোকচাও চেনানা পাওবম ফালাবু হাংথি, মরমদি কবোম্বা তাম্থোকপদা পাওবম ফালানা থোকচাও চাম্বা পুথ্রম্ববু হাংলি। চাম্বগী মচা চেনা অসি অঙোম নিংথৌ লোইজাওম্বদা চেনশিনখরে, পাওবম ফালানা চেনা পীরকউ হায়বদা অঙোমনিংথৌনা য়াত্রবদা ফালানা শাওহুনা অঙোম নিংথৌগী তাম্না লাল হৌরকপদা চেন্নদি অঙোম নিংথৌগী থোংজিন্দা লুমললমদুনা ফালাবু হাংলে। তাংজাম্বা কুইনা পাল্লমদে চহি অহুমতা মপাল্লমঈ।

চলাম্বা—খৃষ্টাব্দ ১৫৪৪ দা চলাম্বনা নিংথৌ ওইরে মাহাকতি নিংথৌ পুনশিবগী মচানুপা শনোংবনা পোকপনি। লাইরিকনদি থায়মত্রবস্থু নিংথেমচলাম্বা অসিস্থু তাংজাম্ববু হাৎতুনা তাম্বোকলগা নিংথৌ ওইখিবগী মতৌওইনা খনবা য়াই। নিংথৌওইবা মতমদা মাহাক চহি ৩২ শুরে। খৃষ্টাব্দ ১৫৪৬ তা মজাইবুংঙো অমা পোকই মাসি তুংদা মুংযাম্ব হায়না ফাওবা নিংথৌ অতুনি। মতুং চহি অমা অনিগী মনুংদা অঙোম নিংথৌ মথং মথং শিবগী না য়াওরি অমস্থুং অঙোম তাকই হায়। খৃষ্টাব্দ ১৫৫৬ তা ময়াং নিংথৌদা মোনশাম্বী থাজে। খৃষ্টাব্দ ১৫৫৭ তা চরাইকবোং অমস্থুং নমশ কৌবা স্থুং অনি কৈথেন্দা য়ুংনবা চিংই। চরাইকৌবা স্থুং অতুদি হুজিং বড়সাহেবকী আফিস লৈরিবা অসিগী অব্রাংথংবা শম্বন ময়াদা যুংলিবা স্থুংজাও অতুনি হায়না অহললমন্না তাকনৈ। খৃষ্টাব্দ ১৫৫৮ দা অনান হাওনাই, লানঙমই। চলাম্বা চহি ১৮ নিংথৌ ওইরম্লই।

মুংয়াম্বা—খৃষ্টাব্দ ১৫৬১ দা মুংয়াম্ববনা চাহ ১৮ দা নিংথৌওই।

খৃষ্টাব্দ ১৫৬২ দা অব্রাগা লময়েন্নবদা নিঙাই ভৌনতুনা লানশোক্লবদা নোংমৈনচিংবা খুজুখুৎলাই য়ামনা লোকলকই লানঙমই। লাল অসিদা মুংখোংমু য়াং ঙমই হায়বগী নিংথৌ অসিবু মুংয়াংঙম্বা হায়বদগী শমক্তিনখিতুনা মুংয়াম্বা কৌই। খৃষ্টাব্দ ১৫৬৩ দা নিংথেম্না মবাইবুঙো চলাম্বগী মঙম তৌই। খৃষ্টাব্দ ১৫৬৪ দা মুংয়াম্বনা হিনা শুগু লৈহেন্নবদা চীংশাং নাপাক কৌবা লমদা হি লাক্লুনা মহারাণীগা মনাই অমগা অনিমক শি। খৃষ্টাব্দ ১৫৬৫ দা ময়াং নিংথৌদা থাজবা মীতৈনিঙোন তরুংঙম্বী চংখি।

খৃষ্টাব্দ ১৫৬৮ দা সনা লাংমৈরেম্বী কবোদা থাজে অমস্থুং মাগী মমল শামু য়ামনা থোরকই মতুং চহিদা কবো লৈমা লাংমৈরেম্বী চংখি। অতুগী কুমদা কবো মংশা নিংথৌ হাৎলি। মহারাণী

শেরেম্বীনা অমেৎপা (মাইবা) লোইশংগী মপোক ওই। খৃষ্টাব্দ ১৫৭০ দি মুংয়াম্বা অরুম হৌদুনা হিয়াঙ্গৈ হি তোংদে। অনান হাও নাবদা মী য়াম্না শিরকই। খৃষ্টাব্দ ১৫৭৫ দা নিংথেম খাগেম্বা পোকই। নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা লং য়াম্না কুপ্পা জাৎ অমা নাইখি। মহারাজ অসি চহি ৩৫ পাল্লমঙ্গী মাগী হাক্তক অসি লান য়াম্না তোয়না শোকনৈ অমস্তুং তেখাও, তখেল, কবোনচিংবা লমদা নিঙোন্নচিংবা থাজতুনা য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংগা পুকচেল তিন্ননা পান্নবা বন্না হোৎনবমঙ্গী। খৃঃ ১৫৮৭ তা খাগী লৈবাক্কী মী মীশাচাবা জাৎ অমা থে'বক্লম্বগী ব্লাবীস্তু ফংই। মথককী নিংথৌ খবগী হাকতকতা মণিপুবগী তপথবা লৈবমদবা মপা মচা মচিনমনাও অমবু অমনা হাৎলগা নিংথৌ খুবম মুন্নগদবগী হোৎনবনা লৈবাক পূম্নমককী তপথবা লৈবমদবা অমস্তুং কনানা কনাবু কৈদৌঙৈ হাৎলগবা খনবগী অকিঅখং লৈবম্বা পূম্নমক অদু নিংথৌ অসিগী মতমদদি কাকখ্রে। লাল তোযনা শোকনবা অসিদি লৈবাককী মপাঙ্গল কনখৎলকপগী মতুংইন্না লৈবাক শন্দোকপা হোৎনবগী থোকচবতনি। মাগী মতম অসিগী লানদি খুমনগা শোকনবা, মোইরাংগা শোকনবা নত্রগা লুৱাংগা শোকনবা লানজাৎ অদু থোইনা লৈখিদ্রে, লোইরম চীংনুংমানুং অমস্তুং কবো অৱাগা শোকনবা লান্না নম্না উরে। ববোরোমদগী নোংমৈ ময়াম খোল্লকপা অসিমস্তু মণিপুরগী পাঙ্গল চাওখৎনবগী মকুওইবা মরম অমনি। মাহাক য়ামনা থৌনাফবা মুপানি। মথকতনা হাইখ্রে, হি তোংদুনা শুগ্নু মাইল ৩০ হেনববু লৈহেন্নরকই হায়রি।

খাগেম্ব—খৃঃ ১৫৯৬ তা খাগেম্বনা নিংথৌ ওই, মথক্তনা উখ্রে নিংথৌশিংগী মমি থোনবা অসি মানা মানা তৌরম্বা থবক অদুগী মতৌ য়েংনা ফম্বান তোংবা মতমদা থোন্নরমঙ্গী, মাতুদি ক্যাংখম্পাৎ ঙম্বগী ক্যাম্বা; মুংখোং মুংয়াং ঙম্বগী মুংয়াম্বা অসিনচিংবা থোল্লম্ববনি। অওইবমক্তি ফম্বাল তোংবদা ফম্বাল

লাল তানবা হায়দুনা অমসু চৎলি মাতুদা ফারকপা নত্রগা ওম্নকপা লাল অতুগী মতুংইন্না নিংথৌগী মিংচল অসি থোনবসু য়াওই মাতুদি ফম্বান লালতানবা মতমদা লিল ফারকই হায়দুনা তাংজাম্বা কৌই, থায়নগী লোল অরিবদা লিনবু তাংজা কৌই, উরেলকোম্হৌ ফাবগীদমক উরাকোম্হৌবা কৌই অসিনচিংবা। মরম অদুনা খাগেম্বা কৌবদি মথক্তা মীশা চাবগী ৱা য়াওখিবা অদুনা মরম ওইদুনা নিংথৌ অসিনা ফম্বালকাবা মতমদা খাগী অসি ওম্বনা অসিগুম্বা মিংথোল অসি ফংখিবনি।

নিংথৌ অসিগী মতমদা মণিপুরদা অনৌ অনৌবা থৃৎশা-হৈবগী থবক থোরকপগী ৱারী য়াম্না ফংই। হুজিক ঐখোইনা মীতৈ লাইরিক কৌদুনা চৎনরিবা ময়েক অমা উরিবা অসি খাগেম্বনা খৃষ্টাব্দ ১৬১৬ শুবদা হৌদোক্লুনা মজাইবুডোশিং তম-হল্লমঈ। মাসিগী মমাংদদি দেবনাগরী চৎনরম্বগী খুদম ফংই অমসুং মথক্তা শেলমখাই অরিবা 'খরগী ৱা য়াওখিবা অদুসু দেবনাগরী ময়েকনা ইবনি। থাঙ্গেশেংবমক্তি মণিপুরগী শেলমখাই পূমনমক দেবনাগরী ময়েক অসিনা ইবনা নমই।

খৃঃ ১৬০৫ দা আকবর বাদশাহগী মতমদা ভারতবর্ষদা হিদাকথকপা হৌদোকখিবা অদু মণিপুরদা খৃঃ ১৬০৯ দা ইহান-হানবা খাগেম্বনা পাল্লিডৈদা চংলকই। দীল্লিনা কদাইদা মণিপুরনা কদাইদা মতম অদুদা রেল জাহাজনচিংবসু লৈরমদে অদুমকতদা মণিপুরদা চহি অহুমলোমতগী মন্নুংদা হিদাক কাংচুপ থকপা হৌদোকখিবগী ৱা ফংই।

হুজিক ঐখোইগী খুল্লক ইরক্তা লাইহন্নাওবা কৌদুনা চহি খুদিংগী জগোই ইশৈ শকলিবা অসি খাগেম্বা হাক্তকতা থোক-পনি হায়নৈ।

ঐখোইগী য়ুমশাবদা সনা য়ুম্বী বৌত্নুনা খাঙেন মথকতা য়ুম্বী অতেনবা অমা তোংলিবা অসিস্মু খাগেম্বা মহারাজনা হৌদোকলম্বনি। নিংথৌ অমনা হৌদোকলম্বনি খংনবা মাগী মামংবু সনা য়ুম্বী থোল্লমঙ্গী।

হিয়াং তান্নবদা বিষ্ণুগা নিংথেমগা হান্না হি নেৎপা অসিস্মু মহারাজ অসিগী হাক্তকতা হৌদোকখিবনি। চৈথারোল কুম্বাবদদি মাসি বিষ্ণুনি হায়না থাদ্রে, শুপ্লপনা লাইগা নিংথেমগা হি তোংবস্মু অত্নুঙৈ হৌদোকখি হায়না ইরমঙ্গী।

নিংথৌ উরগা খুরম্বা অমস্মুং নিংথোবু লাইনিংথৌ বৌবস্মু খাগেম্বা হাক্তকতা হৌদোকখি।

ঐখোইনা সনোংবা হিগায় হায়না মঁবু চৈনবা অত্নু খাগেম্বা হাক্তকতা থোকখিবা ব্রাথোক অমদগীনি। সনোংবা অসি খাগেম্বা মহারাজগী মনাও. মুপানি। নোংমা খাগেম্বা মহারাজগা খাগেম্বগী মনাওমুপা অতোপ্পা অমগা হিতান্নসি ঙাংনবদা মনাও অসিগী হি লৈত্রত্নুনা সনোংবগী হি ব্রাইরে। সনোংবগী হি অসি নিংথেমগী হিনা হিয়াং অত্নুদা ব্রাইত্নুনা খর কাইরে। হি তান্নবা লোইরগা মনাও মুপা অসিনা খরা কাইরে করম তৌসিগে হায়ত্নুনা থিল্লুবদা অত্নুম লৌহোরে। মতুং অত্নুদা মানা হায়নবদি মমাগা তান্নরগা হি অকায়বা লৌরোই অফোৎপস্মু লৌরোই অহনবা অমা শিংবস্মু লৌরোই মাগী হান্নগী হি অত্নুমক্তা পীয়ু হায়রে। ব্রানা লুরবনিনা মহারাজ য়ৌনদবা য়াদত্নুনা য়ৌনরে। মহারাজনা সনোংবদা ননাওনা তোংউবা হি অত্নু মানা থুগায়গে থুগায়বা নত্তে। হি কয়া শিংউগে অহনবা ঙাক্তা য়াম্মা শিংগে ফোৎহল্লু হায়রবস্মু ফোৎহনগে ইনাওনা শাওবা তৌরগনু থেম্বদস্মু ঐগী হান্নগী হি অত্নুতা মপামঙ্গে, অতৈ অমা পীবিবা নত্রগা ফোংপিবা পামদে হায়রে। মহারাজস্মু বিচার তৌফম খংদ্রে অমস্মুং থেম্বস্মু ময়াদ্রে অত্নুদদি

শাওরতুনা মনাওমুপা শনোংবদা "নং লৈবাক অসিদা ঐনা নিংথৌ ওইরি হায়বা খংব্রা ? ঐগী ইন্না তাব্রবদি নং ঐগী লৈবাক আসদা লৈবিরগম্নু হায়রে।" শনোংবস্তু শাওতুনা মমাগা লোয়ননা ময়াং নিংথৌগী মনাক্তা চেনখ্রে অমস্তুং খুদোংচাবগী মতুংইন্না মণিপুরদগী খাগেম্বা তানথোকপিয়ু হায়না রানাকুরে। অতুদা ময়াং নিংথৌনা সিলটকী লমদা লৈবা তরফগী পাঙন নবাবতা মণিপুর লাননাবা পাংবিয়ু নেকলুরে। পাঙনগা ময়াংগা হৌতুনা য়াংগোইয়োমদা খৃষ্টাব্দ ১৬০৬ তা লানগারকই। লান শোকনবদা খাগেম্বনা লান ভমতুনা শনোংবস্তু খামহৌই লানস্তু অচৎবা ১০০০ ফাহৌই, শামু ৩০ অমস্তুং নোংমৈ ১০০০ অমনচিংবা পোৎস্তু য়ামনা লোকহৌই। লানফম অসিদা ফাহৌবা ময়াং অমস্তুং পাঙনগী মখৈ মণিপুরদা লৈখি। হৌজিক ঐখোইনা মীতৈ পাঙন কৌতুনা খংনরিবা পাঙন অসি অয়াম্বগী মখৈদি লানফম অসিদা ফাহৌবনা নমই।

মীতৈগী লাম্মীগী মরক্তা লাইরিকয়েংবম ধনঞ্জয় কৌবা মুপা অমনা লানফম অসিদা থৌনাফবা উৎখিবনা খাগেম্বা মহারাজনা পেল্লতুনা মাঙোন্দা মনা মথিন য়ামনা পীখি অমস্তুং নোংশমৈ হায়বদি নোংশাগুম্বা মী হায়বা মিংথোল অসিস্তু পীখি। মাঙোন্দা পীরম্বা মনাগী মরক্তা লাইরিকয়েংবম লৈকাইদা হুজিক ফাওবা লৈরিবা ধাতুনা শাবা বিষ্ণুমূর্ত্তি অসিস্তু য়াওই হায়নৈ।

খাগেম্বা হাকতক অসি মণিপুরদা ফুরা দোলান্নচিংবা চেককী শং য়ামনা শারম্বা অমস্তুং চেকপন্নচিংবা থোল্লম্বগী প্রমাণ য়াম্না ফংই অমস্তুং খৃঃ ১৬২৭ শুবদা নোংমৈ শারম্বগী রারী ফংই। নোংমৈ অসি মখুল হোনা হৈরমদে মপুম ওইনা হৈরগা কোন্না মখুল হুত্তুনা শাবগী রা য়াওই।

খৃঃ ১৬৪৭ তা অব্রা লানগারকপা ঙমহৌই লানফম অসিদা অরাগী হিদিঙ্গা অনিস্থু খোমহৌই।

খাগেম্বা মহারাজনা চহি ৫৫ পাল্লমঈ অমস্থুঃ খৃঃ ১৬৫১ দা চহি ৭৬ তা নোঙ্গাখি।

খুঞ্জাওবা—খৃঃ ১৬৫১ গী থব্রান থাদা খুঞ্জাওবা নিংথৌ ওই।
খৃঃ ১৬৬৬ তা ইতোক হাওনা তাংখুল চীংশাংহুপনা নেকতুনা মীতৈগা লানশোক্‌নে। লানফম অসিদা মী য়ামনা শিখি।

খৃঃ ১৬৬৭ তা কবো মংশা লাননাবদা মীতৈনা ঙমই। মংশা তাকই। লাংদেস্থু ঙমই। মাসিগী মতুংগা চহি খরদি শমশোক লানতাবা অমস্থুং হাওখুন্নচিংবা খর ঙম্বা নস্তুনা অতৈ থোইনা মরুওইবা ব্রা য়াওদে।

খৃঃ ১৬৬২ দা মোগোল থোরকই। মাখোই অসি মোগোল সম্রাটকী * পাও পুহুনা লাকপা মীনি, তন্না মণিপুরদগা মুপা অহুম মোগোলগী রাজসভাদা থাখি। মাখোইনা চৎখিবা খৃঃ

* ডাকটর রেডনা লেংবা আসামগী ইতিহাস অমদা আওরঙ্গজেবকী ময়াম্মা সুজা অসি মণিপুরদা লোৎথি মাবু তান্নরকপদা মিরজুম্লানা আসামদা লান্দারকপনি হায়না য়াওরি, অদুনদি হন্দক মণিপুরদা লাকপা মোগোলশিং অসি আওরঙ্গজেবকী মী মণিপুরদা সুজা লাকপরা লাকতবরা থাঙ্গেশেংবা স্নেংউনবা থারকপা মী ওইরম্বা তাই অমস্থুং মণিপুরদগী মুপা অহুম চৎলুবা অসিস্থু মোগোল নিংথৌরেলদা অদুগুম্বা মুপা লাকতে তাকউনবা চৎলম্বা তাই। অদুম অদুম ওইনমক থাঙ্গেশেংবা থংবা পাম্বা অমস্থুং মোগোলগী খুৎকন পাঙ্গনবা উৎনিংবা আওরঙ্গজেবনা মিরজুম্লাগী মথাদা তেঙ্গোল অচৌবা থারকতুনা খৃষ্টাব্দ ১৬৬৩ দা আসামদা লান্দাররে। মিরজুম্লাদি

অসিগী ডিসেম্বর থা অহুরাইদনি, অদুনা থুংলবনা খৃঃ ১৬৬৪ গী জান্নুয়ারিগী অহুরাইদা থে'রকই।

খুঙ্গাওবা অসি চহি ৪৫ দা ফম্বান্দা চহি ১৫ দা শি *হায়না পুরাণদা যাওরি।

মণিপুর য়োবকলমদে, আসামদা অনাঅয়েকনচিংবা খুদোংথীবা ফংবগা মাইথিবনা মবম ওইহনা হনখ্রে। হঙ্গৎহন্দা চৎপদা চহি অমা থরা হেন্না চংবা লম অসিদি দিল্লী নত্রগা দিল্লীগী মনাক্তা লৈবা লম নত্তনা অতৈ করিস্নু ওইফম থোক্তে। মতম অহুদদি বেস জাহাজনচিংবা থমহনা চৎথোক-চৎশিনগী খুদোংচাবা লৈবমদবনা থাংতনা চংলমঙ্গ, মতম থরগী মমাংদস্নু বৃন্দাবন য়োবা অসি থোংনা চৎলিঙ্গদদি চৎখিবদা থা তরুক হন্নকপদা থা তরুক চংলমঙ্গ হায়নৈ। দিল্লী দি বৃন্দাবনগী মনাক্তনি থোইনা লাপনদে, আগ্রাস্নু মনাক অহুরাইদনি।

* মতাং অসিগী রাফম পুরাণদা যাওরিবা অসি পাহুনা য়েংলবদি মাবু মতু মহারাণী তথেম্বীগী হাক্তকুগী নিংথৌ শেমহুনা হাংখিবা মাল্লি। মরমদি খৃষ্টাব্দ ১৬৬৬ কী ইঙা ৩ নি পানবা শগোলশেন্দা তথেম্বী অসি থৈথৈ হায়রবদি কোন্নুংদগী থাখি অমসুং চিরোম থাদোয়নে মুংবাং হাংলৈবনে, চিরোম ওমানে অহুম অসিস্নু রাকোংই হায়রি। লাংবন থা ৮ নি নিংথৌকাবদা চিরোম ওমা, চিরোম থাদোয়, তারাম কৈশংবা পুকচাও, শর্মইরেম কৈশানচিংবা শি হায়বদি হাওোকই হায়রি। অহুদগী হিয়াঙ্গৈগী ২৭ নি পানবা লৈবাকপোকপদা খুঙ্গাওবা লৈত্রে হায়না ইরমলে। পুরাণদা নিংথৌশিংবু নিংথৌশেমহুনা হাত্তোকপা অসি কম্না মকা কোংনা ইনদে অহুনদি খুঙ্গাওবা অসি মহারাণী অসিগী হাক্তকুগী চিরোমগী থাদোয়নচিংবা অসিগা কেনা তৌনবদগী মাথোইবু হাওোকপদা শথেইগী মীনা অমুক হৌরক্তুনা মাবুস্নু অমুক হাত্তোকখিবা তাই। অদুগা পাইথোম্বনা কম্বান কাবম্নু রাকচিংগী ৫ নি পানবদনি ইরি, অহুনদি থা অমা থরা হেনবা অসি নিংথৌ কননা ওইগদগে মফম থংদহুনা লৈবা তারে। পাই-

খোম্বা অসি খুঙ্গাউবনা পোকপা মচা নত্তে, মচানুপা তোনাবনা পোকপনি মীতৈ বারীদসু খুঙ্গাউবগী মতুংদা নিংথৌ ওইবিনিঙ্ঙাই লৈত্রভনা শামুনা নিংথৌ থৌবদা লানশোনবীদা পাইখোম্বা অসি ফংভুনা ??রকই হায়?ে। অওইবমক্তি মাসিব্রাইদগী হেৎভুনা গরীবনিবাজ মহারাজনা ফম্বান কাবা ফাওবা অসি নিংথৌরোলগী ওন্থোকনা চনৈনবা মতংনি। পাইখোম্বগী মথংদা নিংথৌ ওইবা চরাইরোংবা অসিসু পাইখোম্বগী মচা নত্তে মনাও মুপা তোনসেন্না পোকপনি, অভুগা পুরাণ অয়াম্বদা চরাইরোংবগী মচা গরীবনিবাজনা নিংথৌ ওই হায়না ইরি অভুগা চৈথারোলকুম্বাবদা নিংথৌ-শিংগী পুনশি থারিবা অভুগী ম্যুংইন্না য়েংলবদি চরাইরোংবগী মচানুপা গরীবনিবাজগা অনি অসি চহি ১৭ লোমতা মহৈন্ন।

নিংথেম পাইখোম্বগী মপা তোনাবা অসি মচানা নিংথৌ ওইরবা মতম ফাওবা হিংভুনা লৈরমঙ্গ অমসুং খৃষ্টাব্দ ১৬৭৪ দা মচানা পানবা চহি ৮ লুম শুরগা শিখি। অমহিকসুং ঐখোইনা বারীদা তাবদি গরীবনিবাজবু পোকপা শাৎপমচনু নুংথিলচাইবী অসি চরাইরোংবা মহারাজগী মহারাণী অহন্নি, অমসুং কনাগুম্বা অহৈঅশিংনা চরাইরোংবা মহারাজদা হন্দক্কী অঙাং অসিনা মুপা পোকলবদি মহারাজ নহাক মাগী মথুংতা শোইরগনি অসিনচিংবা তাকপনা মচা অসি হেক পোকপগা থঙ্গাল হাওখুলদা থৈথিবনি অসিনচিংবা বারী ফংই। অভুগা শাংপম চনু নুংথিলচাইবী অসিদি থাঙ্গমকশোংবদি মহারাণী ওইখিদে। চরাইরোংবা মহারাজনা নিংথৌ ওইদ্রিঙৈনা শিথ্রবনি অমসুং গরীবনিবাজ মহারাজদি পাইখোম্বা হাক্তক খৃষ্টাব্দ ১৬৯০ দা পোকই অমসুং চরাইরোংবনা ফম্বাল কাবনা খৃষ্টাব্দ ১৬৯৭ তনি। অভুগা চরাইরোংবা মহারাজবু খোংনাংহোগাইবীদা থক্কী তেন্না হাঙ্গবদি নোংমৈশিংজংনা পাল্লিনচিংবা হায়নবা অভুসু শম-জোকঙম্বা কৌবা লাইরিক অভুদা ইবগা করিসু মান্নদে, লাইরিক অভুদদি চরাইরোংবা অসি ভুশুক হাও নারুবা মতুংদা কোমুংদা পুকচৎলে অমহুং শিরমদাইদা মজাইবুংঙো গরীবনিবাজবু কৌশিন্দুনা ইপাদি শিগদোরে, অমুক্তুং অবা লান্দারুহনা নচন মুপী চকপামথাওঙম্বীগী লমন থুমলুগে

নিংববু ঙমলমদ্রে নংনা ইপাগী ইহুৎ শিন্দুনা অবা লমন খুমসু শিন্নরমন্ঠ। মবম অসিদগী গরীবনিবাজ মহারাজনা নিংথৌ হেক ওইবগা অবাগী লম শমজোকতা লান্দাবা শান্রে। করিসু লৈতবা হাওখুন্দগী ঙরাংদা লাকলিবা মী অম্বাম্বনা মাবু হাওমচানি হান্নবা থংনরিবা নুপা অতনা চবাইরোংবগুম্বা নিংথৌ অমবু হাত্তোকলগা নিংথৌ খুভম মুনবা হেক মতুংদা অহানবমকতদা মাগী খুবম চেংনবা হোৎনবদা চংগদবা মতম অদুনচিংবা ইন্নাও য়াওদনা শমজোক লান নাগদবগী চোংথোকপা অসি চুমনগী বা নত্তে মাসি কদৌঙৈদসু ওইথোকতবনি, অতদগীসু হেন্দোকতুনা শমজোক অসি শমজোক নিংথৌতগী লম নত্তে অবানিংথৌগী লমনি মাবু হেক শোকপদা মিৎনা কুপ্নদা চোংথোকপা য়ারবনি। অবা অসি চুমনগী অবা নত্তে মণিপুরবুদি মমিৎতা থাকপমকসু খুপলোইদবগুম নিংদুনা লৈরমঙ্গবা জাৎনি। মরম পুন্নমক অসি মুন্না থন্দুনা য়েংলবদি গবীবনিরাজ মহারাজবু হাওনি নত্রগা হাওদা থৈতনা য়োক উবনি অসিনচিংবা বা অসি কদৌনুংদসু থাজবা য়াবা বানি হান্নবা ঙমদে। অতুদি করমনা বারীশিং অসি থোকথিবনো হায়বা পাওহং অমা লাকপসু স্নাই মাসিগী অশঙ্বা পাউখুম ঐথোইনা থংবদি অসিনি। শান্তদাস মহাপুরুষনা মণিপুবদা নৌনা পুবকপা পরমার্থ ধর্ম্ম, রামানন্দীধর্ম্ম অসি গরীবনিবাজ মহা-রাজনা লৌখ্রে, অমসুং মাতুগা লোইননা মনাংঙৈনা চংনবম্বা ধর্ম্ম অমসুং খুদমনচিংবা মুংথংনবা হোৎনরে অতুদগী হেন্দোকতুনা লাইরিকনচিংবা পুন্নমক থোমগত্তুনা মৈ থাদোকলে। অওইবমকতি মহাকনা মখুং থিংজিল্লমদবা মীতৈলাইবিক অমতা, মাগী মতুংদা লেংলম্বা নত্তনা, হুজিক অসি কংবা থর বাবে ; মহারাজ অসিগী অসিগুম্বা থবক অসি উবদা থাইনগী লমচৎনচিংবা মাংহন্নিংদবা পণ্ডিতশিংনা মথবাই মুংঙাইত্রে অমসুং মাবু হাওমচানি মরম অতুনা অগ্নমনা তৌরিবনি হান্নবা পাওথোক অমা শেমলে। খুলমগী মশক ওইনা মফম অসিদা ঐথোইনা নিংথৌরোল শীঙ্ক কৌবা পুরাণ অতুগী বা থরদং হান্নিংই। পুরাণ অসি মণিপুরগী তুংদা থোবককদবা বারম ইবা লাইরিকনি মসি থাগেম্বা হাক্তকতা পণ্ডিত তরেৎনা ঙাংনথিবা বানি, অতুগা নাকোং তকক শুনা তাফদে অসিনচিংবা বা ইতনা লাইরিক অসিবু য়াবগী মথৈ থুপনা থমনবা হোৎনবে অমসুং গবীবনিবাজ মহাবাজনা পুরাণ মৈথাবদা অমসুং থাইনগী লমচৎ মাংহনবনচিংবা ইবগা মাবু শুপলপনা হাওনি ইরমলে। লাইরিক অসি মুন্না থন্দুনা য়েংলবদি থাগেম্বা হাক্তকতা

ইবা নত্তে অমসুং মাসি লেংবদি গরীবনিবাজ মহারাজগী রাজসভাদা লৈরম্বা অঙোম গোপী কৌবা পণ্ডিত অদু নত্তনা কনাসু ওইকম থোক্কে হাইবা ইরাইলাইনা উবা ঙমগনি। মতম অসিদা অঙোম গোপী অসিদি মণি-পুরগী মনুংদা মপাংলতনা ফাওরবা পণ্ডিত অমা ওইরমঙ্গ অমসুং শীরুক কৌবা লাইরিক অসি পারগা মাগী জ্যোতিষশাস্ত্র হাইবদ পাঙ্গিগী লাইরিক কয়া মতিক হৈরম্বগে হাইবা ইরাইলাইনা থংবা ঙমই। মণিপুরগী জন্মকোষ্ঠী অমা চহি চা কয়াগী মতুংদা থোকলগদবা ফলাফলগা লোইননা ইরম্বা অমসুং থৌদোক অদু থোকত্রিবগী মথৈ অসি ওইগনি হায়না অর্থ হন্দোকপা ঙমদবা থোকলগত। মাগী অর্থ লেপ্পা য়াবা অমসুং পুরাণগী রাগী অচুম্বা থাগৎতনা লৈবা য়াদবা অসি লৈবাক কয়াগী লাইরিক কয়াদা য়াওরমগদগে থনফম থোকপা রানি। মমাংইঙদা মাংম্বা পণ্ডিত থর পোকখিবগী অবা লৈবাকতা মীতৈগী পাঙ্গি হাবতুনা ফাওরম্বা তাই, অরাবগী মশকতি মাদুগুম্বা পণ্ডিতশিং অদুগী লাইরিক অমতসু ঐথোইনা হুজিক ফংবা ঙমদ্রে। মাসিগীদমক ঐথোইনা মতম অয়াম্বদা গরীবনিবাজ মহারাজবু দায়ী ওইহননিংই। অঙোম গোপী অসি চুমনা মীতৈ পাঙ্গিগী লাইরিকতা হৈবা মী নৎলমদে সাহিত্যনচিংবা পাবদা নিংথিজরবা লাইরিক কয়াসু ইরমঙ্গ; অদুদগী হেন্দোকলত্নুনা বাঙ্গলানচিংবা লোন অতৈ অতৈদগীসু অর্থ হন্দোকপা লাইরিক কয়া লেংলমঙ্গ মাংখোই অদুগী মরকতগী কীর্ত্তিবাসী রামায়ণগী মীতৈরোনদা অর্থ হন্দোকপা অমসুং গঙ্গাদাসসেনগী মহাভারতকী শরুক থরা মীতৈরোলদা হল্লম্বা অদুনা মরু ওইংনি। লোন অমদগী লোল অমদা অমুপ নিংথিজনা অমসুং পুকনিং-হুনবগী মশক ওইবা লোনদা হন্দোকপা ঙম্বা মী মতম অদুদা পোকলম-গনি হায়বা অসি খদুরবদি মীতৈমচাগী নাপন তোঁফম ওইবা বানি হায়না নিই। অসিগুম্বা পণ্ডিত অসিগী লাইরিকতা গরীবনিবাজ মহারাজবু হাওনি ইরমলে, মৈরিকপীনা মৈজাওবী ওল্লে, করমনা হাও ওইরম্বনো মতুংগী মীনা য়ায়া থমরে, মীনবু থোকলবদি মাক্কী পাওখুন অমদি চুম্বু চুমলে লালবু লাল্লে থোকপা হৌনবনিনা কনাগুম্বা লৈহাও কারবা থোপ অমনা চরাইরোংবা মহারাজগী মচা হাওদা থৈরুবনি, মানা মপা হাংখি অসিনচিংবা বারী থোকপ্রে, অদুদগী মথা তারকপদনা চরাইরোংবগী মচানি, হায়বা কাওবা তোকতনা হাওমচা অমনা নিংথৌ ওইপ্রে হায়প্রে।

খৃঃ ১৬৬৬ কী ব্লাকচিং থাদা পাইখোম্বা ফম্বাল কারে। পাইখোম্বনা নিংথৌহেক ওইবা মতুংগী চহি অতুগী লমদা থাদা মী য়ামনা হাৎখিবগী ব্লা য়াওরি। মাসিসু নুপিগী ব্লাহৌগী ওইনা তৌই।

খৃঃ ১৬৭১ দা কবোদগী রথ শগোল মানবা অমা থোবকই। কুম অসিদা মোগল মচিনমনাওগা শগোল আর্বিগা থোবকই।

মাসি অডুকপা য়ানি, হাওনা মীতৈগী নিংথৌ ওইডুনা মীতৈ ওন্দুনা লৈববু মীতৈনা তুমিন্না লৈগনি নিংদে, মথকতা উখ্রে অঙোম নিংথৌনা মীতৈ নিংথৌ মমা মচা হাৎখি অডুমক্তদসু অঙোমনিংথৌ অডু মীতৈনিংথৌ ওইবা ওমখিদে। হন্দকতা খুম্বাওবা হাক্তককী ব্লা য়াওখিবা অডু নিংশিংউ। খুম্বাওবা হাৎখ্রবসু নিংথৌমচাগী ধার থিডুনা পাইখোম্বনা নিংথৌ ওইরে মবম পূমনমক অসিনা গবীবনিৱাজ মহাৰাজবু ত্রৈথোইনা চবাইরোংবনা তম্পাক মুমদা পোকপা মচানুপা অহল নিংথৌমচাগী ঈ তশেং তশেংবনি, মাগী মবমদা ঙাংনবিবা ব্লা পূন্নমক অডু ব্লাথলচাওবা থোপ্তুগী থোকখিবা ঙাক্তনি, মাসিগী মকওইবা মরমদি গবীবনিৱাজ মহাৰাজনা খুং হাখিবা অমসুং অঙোম গোপীনা কলম হাখিবদগী থোকখিবা ঙাক্তনি, মাতুগী মহৈনা মীতৈ ত্রৈথোইগী কোকথকতা চুম্জিক ফাওবা মৈ হৈবি। মহাৰাজ অসিগুম্বা নিংথৌ অমা মণিপুরদা পানখিবসু তাথিদ্রি পাল্লককনিসু নিংদে, শাদা লান্দা মমাইওনবা লৈতবা মানা চংখিবা মফম খুদিংদা জয় ওইবগী ফিবাননা মাংওইননা চৎপা অডুপকী মতিক মহৈমশিং অমসুং ধর্ম্ম শন্দোকনবগী মবমদসু পুকনিং চংলমঈ। চুজিক ফংলিবা মীতৈ লাইরিক পূন্নমক অসি মাগী মতুংদা লেংবগী মথৈ খন্দোকখ্রবদি পূন্নমক অসি মাগী মতমদা লেংলম্বা নত্তনা অতৈ অমা য়াওদবোই নিংনবা খুদম য়াম্না লৈবি। অসিগুম্বা নিংথৌ অসিবু হাওনি নত্রগা হাওনা য়োকউবনি অসিনচিংবা হায়জিন্দুনা মী পূন্নমককী মপুকনিংদা চিংনবা অমা ইৱাইলাইনা পোকহনবা অসি মীতৈগী মবাইবকাথবা নত্তনা অতৈ অমনি হায়বা য়াদে। অডুমনদি ওইববদা অওইবা থংনি,বা মুপাগী মফমদদি ঈশিংনা ঈশিং ওইডুনা লৈগনি শঙ্গোমনা শঙ্গোম মওইজগনি। মৈবু ফিনা কুপ্তুনা থম্বা য়াদবগুম মশানা মফোংদোকচডুনা লৈগনি।

থায়না অহম নিংথৌশিংগী মংদা সনা লুপানচিংবা মমল য়াম্বা পোৎ হাপলম্বা অদুগুমনা মণিপুরদস্থ মতম অসি ফাওবা মংদা মমল য়াম্বা পোৎচৈ হাপনরম্নগী প্রমাণ ফংই। খৃঃ ১৬৮৪ দা মং অয়াম্বা তৌরগা সনা লুপা * অফংবগী মখৈ নিংথেমদা কৎলি অমস্থুং পুখমনচিংবা শেলজেংমখৈনা কোরি তাম্থোক্নুনা পুংজাও শানৈ হায়না য়াওরি।

* মাসিগী মমাংদগী হৌনা সনা খোল্লম্বগী প্রমাণস্থ ফংই মরমদি চহি অসিদা মী য়ামনা কিনৈ, কৈথেনস্থ কিনৈ অদুগা মরম অসিনা সনা খোনবস্থ চহি অনি শিংলি হায়রি মথককী রাফম অসিদগী থংবন্দি সনা খোনফম অসি থোইনা লাপতবগী মতৌ মাল্লি। ইম্ফালদা নত্রগা সহর ময়াদা কৈথেন্নচিংবদা কিনবনা সনা খোনবা লেপ্পা অসিনদি মফম অসি সহরদগী থোইনা লাপলমগনি নিংদে, অদমনদি ওইরবদা পুরাণশিং অসিদা খোনফমদি থারমদ্রে, ঐথোইনা তাবদি মমাংতৈদা লাগা তুবেলদা খোল্লগা সনা ফংলমঙ্গ হায়নৈ, অদুগা হুজিকমকস্থ চহি থরগী মমাংদা অশৈলোক-লেনগী মনাক্তা লৈবা চীংগোল অমদা সনা থোকপা মুং জাৎ অমা লৈ হায়নৈ মাসি ঐমকতি উক্রুদ্রি চুমনা তাবগী মখৈতনি। অদুগা কর্ত্তামহারাজগী মতমদা শোকপাওরোমদা হাওনা সনা তাল্লগা নিংথৌদা কুম খুদিংগী সনা কৎলম্বগী বারোনস্থ থায়নগী লাইরিকশিংদা য়াওরি। মণিপুরগী লমদা লৈবা কবোরোমদা সিলভারহিল কোবা অদুদা কোরিগী খোং অদুদা সনাস্থ ফংই অমস্থুং মণিপুর তম্পাককী অকোইবদা লৈবা চিংশিং অসিদা ইংরাজীনা পাইরাইটিস কোবা য়োৎ অমস্থুং কম্বক নত্রগা কোরি অমস্থুং কম্বককা তিন্নবা পোৎ অমা মুংগুমনা লৈবা য়াওরি অফবা জাৎতি সনামক্লম নিংখিজবা য়াওই। পাইরাইটিসশিং অসি অফবা জাৎতি য়ান্নবস্থ য়ামদ্রবস্থ সনা থরদি ময়াওবগী রা ফংই। য়াম্বনদদুনা শুরুবদা কান্নবা কান্নদবগী রাতনি তাম্বুল মাইগৈ অসোমদস্থ মফম অয়াম্বদা কোরি, নোংদার অমস্থুং পাইরাইটিসনচিংবা ধাতু অতৈ অতৈ ফংবগী রা তাই। হুন্দুংলোমদা সনা ফংবা য়াই হায়না পাওতম্নবস্থ য়াম্না তোইনা তারে। ককচিংলোমদা য়োৎ শুংলমঙ্গ, হুজিকস্থ য়োৎ থোকপা মুংদি তম্পাককী মফম অয়াম্বদা লৈরি কনাগুম্বা মরল মথুম লৈবা মী থরনা থবক অসি তৌরবদি মণিপুরগী মরল মথুম চাওথৎকদবনি

খৃঃ ১৬৮৭ তা মুপা ৫০৩ না থা অহুম চেক শাবগী ব্রা য়াওরি।* মাসিগী মথকতস্মু চেককী ফুরাদোলাম্নচিংবা শাবগী ব্রা য়ামনা য়াওখ্রে অতুম ওইনমক হন্দককী অসিমুক মী য়ামনা চেক শাবগী ব্রা তমুকতস্মু থেংনদ্রি।

অমসুং মী বয়া কয়াগী মচিঙ্গাকন্থ তান্নগদবনি। হুজিক অসিদা ঐথোইনা শেল লৈতবনা মাতুগী কল, কারখানা ওমদবনা য়াম্না অরেম্বদা হন্দোকতুনা লৈরিবনি। লমদেংগী অৱাংথ'বা শাবল, ময়াংলাংজিংনচিংবগী মফম অয়াম্বদা লৌবুক্তা অমসুং শঙাইথেনগী লম্পাকতা অতুগা মফম অতৈ অতৈদা য়েংগি কৌতুনা য়োংকী কেংহিং কাংদোনা মপৈ মপৈ তারিবা অতু য়োংথোকপা পোং ওাক্তনি।

থায়নদি মীরৈবাকতগী পুরকতুনা মণিপুরগী খোংতদগী শুংবনা ঐথোইগী চাংবা ওকনবা থুম ফংলমঙ্গ অতুগা হুজিকতি মাতু তোকথোকথিবনা থুম অয়াম্বা মীরৈবাক্তগী লাকপনা নমলে। শুনুসু অয়াম্বগী মথৈ মণিপুরগী থোংদগী লৌবা ওাক্তনি। হন্দক মরক অসি কয়লাপাথর ফংবা চীং অমগী রাসু ইনক নকপা মফমদা য়াম্না থাজবা মীথরগী মচিন্দগী তারে। কেরসিন থাওসু শুগুরোমদা মফম খরদা ফংগদবগী পাও লাকপা ফন তোইরে। লৈবাক অমগী মহৌশাদগী থোকপা পোংচ অসি চাওথৎলকপা অতুপকী মতিক হেঙ্গৎলকইবগী মথৈ লৈবাক অতুগী মরল মথুমসু চাওখৎপা হেল্লি মরম অসিনা মণিপুর অসিসু লাইরিকলাইশু হৈবা হেল্লকইবগী মথৈ অমসুং লাইরিক হৈবা মীশিংগী তৌনিংঙাই লৈতবা হেল্লকইবগী মথৈ অনৌ অনৌবা লম্বী মশানা ফোংদোকচরককনি নিংই। লৈবাক অসিগী মী পূমনমককী আশা তৌনফম ওইরিবা নোনা হৌরকপা অঙাংশিংনা পুকচেন তিংবা অমসুং হোংনবা কনবগা লোইননা চোংথোকলকপা মতমদা মহৌশাদগী ফংবা পোংশিং অসিসু থোরকতুনা থিন্দনা মণিপুরগী মঙ্গল ওইবা লৈবাককী ফনবা খনবা মী পূমনমকনা আশা তৌতুনা লৈরি।

* নোংমদা মুপা ৩ না চেক লিশিং অমমমতা য়ৈরবসু মুপা ৫০৩ অসিনা থা অহুমদা চেক কয়া য়ামনা য়ৈবা ওমগদগে থল্লুবদা অঙকপনি। অরা লান্দারকপা খুদিংগী অমুয়া শারম্বা ফুরাদলানশিং অসি ওয়া য়ৈথাই থুগাই-তুনা মাংহল্লমলে অমসুং ইকোনকোনবগী চহি ৭ অরা থুন্দাকপা মতম অতুগী

খৃঃ ১৬৮৩ দা শমজোক লাল চংলি, চূং, থাং, নোংমৈন-চিংবা য়াম্না লোকলকই অতুমনদি ওইরবদা মী থরদি শিহৌই। কালেন থাদা অঙৌপাম্বা লমফেল ঙম্বনা চিংতুনা শমজোক ফো য়ৈবা চৎপদি, তরেং শেনজাও ঙমতুনা মুংনা থোং শাতুনা লালনি, শল, ইরোই য়ামনা খোমলকই। ফৌসু য়ৈতুনা কবো মংশাদা লৈবা নিংথেম কৈদা চন্দুনা থনমই। শল, ইরোই খোমলকপগী মখৈদি লোকলক লোকলকপা মী অতুদা পীনৈ।

মতম অসি ফাওবগী দণ্ডিগী মরমদা থরা হায়নিংবা ব্বা লৈরি। মতম অসিব্বাইগী লাইরিক পারগা এখোইনা খংবা ঙমই করিসু লৈতবা পোৎ অমা হূরানবগীসু, মথ্বাই হাৎতুনা দণ্ডি তৌরমঙ্গী, নোংমৈ হূরানবগীদমক মথ্বাই লৌতুনা দণ্ডি তৌবা য়াওই, মাসিদি নোংমৈগী ব্বানি, অমা ওইরবসু অমা ওইরবসু খুমনিঙাই য়েৎনি-ঙাই লৈফম থোকই, অতু নত্তবা চুম্বগী পোৎ হূরানবগীদমকসু মথ্বাই হাৎপগী ব্বারী ফংই।

খৃঃ ১৬৮৬ তা শিজা পোংলেনখোম্বী পাপ কোকই হায়বা মতাং অমা য়াওই মাসি করমনা কোকপা পাপ ওইরিগদবনো হূজিক খংবা ঙমদ্রে। মতম অসিব্বাইদা নোংমাইজিংদা লাইথুরুম্বা চৎপা অমসুং লৈশাংহিদেনদা পাপ কোকপনচিংবগী ব্বারী তাই। লৈশাংহিদেনগী মফম অমা অব্বাংপানা চেনবা ঈশিং অমা লৈরমঙ্গী

চেকনা শাবা লাইশংনচিংবগী ব্বা সারবালটার হামিলটননচিংবনা ইরম্বা অতুদি মুংশিবা পোকই। অম্মুনা য়ৈথাই থিনগাইশিবা অসিনা হূজিক এখোইনা মণিপুরগী অরিবা ফুরা দোলাম্নচিংবা থিংদা থরা ব্বারবা অসিনি। এনা নিংবদি অবানা দোলাম্নচিংবা অসি থুগাইরগা ঙম্বগী মখা ভুরেল অমুংদা হৈথরম্বা মাল্লে মরম অতুনা হন্দক কেক্রুপালগী তোর্ব্বান থৈবদা লৈমুংদা চেক অতুপ য়ামনা ফংবনি অমসুং কোমুং মমাংদগী হৌনা ভুরেল অচৌবগী থোংমুংদা চেকতেকনচিংবা শঞ্জেনথোং মথা য়ৌনা থাব্রিবনি। অমনা শেম্বা অমনা থুগাইবা জগৎকী হৌনবীনি।

মফম অদু তীর্থনি হায়দুনা থায়নদি লুপনরঙ্গই হায় মাদুবু লৈশাং-হিদেন্দা পাপ কোকপা কৌনরমঙ্গই, অদুগা শিজা পোংলেনখোম্বীগী পাপ কোকপা অসিদি তীর্থ মফমসু থারমদবনিনা চুমনা যজ্ঞনচিংবা তৌদুনা পাপ কোকনবা তৌবরা তীর্থদা লুপ্পা ওইরিগদ্রা থংনিংডাই পান্বে লৈত্রে অদুম অদুম ওইনমক নোংমাইজিং লাইফমনি অমসুং লৈশাং হিদেন্নচিংবা ঈশিং হংগৎনা চেনবা মফমবু তীর্থনি হায়না নিংনরমঙ্গই।

খৃঃ ১৬৮৮ দা লাইনিংথৌ পাইখোম্বা চহি ৫৩ দা নোংগাই, চহি ৩২ পাল্লমঙ্গই।

চরাইরোংবা—মৈদিঙু চরাইরোংবনা চহি ২৫ দা ফম্বাল কাই, নিংথৌ হেক ওইবগা মুংতেক লাননাবা চৎলি, লান য়ামনা ফারকই। চরাইরোংবা মহারাজনা লৈবাক ব্রায়েল থোদা পুন্নমক মুংদা লাইরিক ইদুনা, হায়বদি লৈবাকী চংনবী আইন পুন্নমক মুংদা ইদুনা লাই কাশাগী ফুরা মমাংদা য়ুংলমঙ্গই। হুজিক্কি মুং অসি থিবা ফংদ্রে, মাসিদা ইরম্বা অদু উরবদি মতম অদুদা চৎনরম্বা শাজৎনচিংবা ময়ম পুন্নমক য়াম্না থংবা ঙমগদবনি।

খৃঃ ১৬৯০ দা খোময়ানগী পনলেন লৈফম তমই হায়না পুরাণদা য়াওরি অদুনদি মাকলংগী চক্রব্যূহ অসি মতম অদুদগী হৌনা লৈরকপা তাই।

খৃঃ ১৭০৪ দা নিংথেম চরাইরোংবনচিংবা দীক্ষা তৌবা হায়-বদি লাইমিংলৌবশিং অদু চরা হেল্লি। ১৭০৫ খৃঃদা চরাই-রোংবা মহারাজগী শঙ্গাই মথোল অহুমশুবা অমা শাই য়ুম অসি শেল্লা হায়বদি শেঞ্জেংনা য়ৈদুনা হুজিক ঐখোইনা জিঙ্ক লুপ্পা য়োৎনা কুপ্পগুম্বা কুপলমঙ্গই। মহারাজ অসি ঙাফাক য়ামনা পাম-লমঙ্গই। লৈতাংনচিংবা পাত্তা কুমদুনা ইতত্তনা ঙা ফাবা লেংই। থমজেৎ হৈনৌনচিংবা চাবস্ম হেক হেক লেংই।

খৃঃ ১৭০৯ দা চয়াইরোংবনা তুস্নুক নাবা শাল্লে। *।

খৃঃ ১৭০৯ দা চয়াইরোংবা চহি ১৩ পাল্লগা পুনশিনা চহি ৩৭ তা নোংগারে/

খৃঃ ১৭০৯ দা গোপালসিংহ মহারাজনা চহি ২০ দা ফম্বাল কারে, মাগী মমিংদি মীতৈগী মরক্তা গরীব নিবাজ মহারাজ হায়না ফাওই। মিংথোল অসি পাওননা থোল্লম্বনি। অর্থদি লাইরবা য়োকপিবা হায়বনি।

মথকতনা হায়খ্রে চরাইরোংবা মহারাজনা শিরমদাইদা মচানুপা গোপালসিংহবু কৌশিন্দুনা অন্না নিংথৌনা মচানুপী চকপা মথাঙ ওম্বীবু খাইনদুনা থম্বগী মংশক তাল্লমগে নিংববু ঙমলমদ্রে অদুনা মচা নুপাবু মপাগী মহুৎ শিন্দুনা তাল্লকউ হায়না শিন্নরমঈ। গোপালসিংহ মহারাজনা ফম্বাল হেক কাবগা মপাগী য়াথং অসি করম তৌদুনা পাংশিগে হায়না খন্দুনা লৈরি। মশানগা নহা ওইরিবনে, নিংথৌ ওইবনগা কুইদ্রিবনে, মানা লৈবাক থাদোক্নুনা অব্রা লান্দাবা চৎলবস্নু মতুংদা লৈবাক্কী ব্রাথোক-লাম্হোক অচৌবা অমা ওইবস্নু য়াই অসি খন্দুনা লৈরিঙৈদা খৃষ্টাব্দ ১৭১৭ কী জানু- য়ারি থাদা অব্রা রাইবার লৈমা নিবা লাকলে। মহারাজগী মপুকনিংদা অব্রা খৎনবা হৌনবগী অসি য়ৌনা খুদোংচাবা অসি থাদোকপা হৌনদে খল্লে, অমস্নুং রাইবার লাকপদা " লৈমা পীরগনি

* তুস্নুক লানচৎপগা চরাইরোংবনা শিবগা অনি অসি ওয়োকনা অঙকপগী মশক ওইরবা মরী অমা থোকহনবা য়ানবা ব্রারী ঙাক্তা শেমদোকখ্রে; মরম অসিনা মাসিগী মরমদা খরা মুন্না নৈনবনা মণিপুরগী ইতিহাসগী অরুবা মতাং অমা খংনবগী পাম্বৈনি অমস্নুং মাসি ম্নাবগীমথৈ মুন্না খংলবত্তদা অচুম্বা ধা খংনবগী পাম্বৈ ওইগদবনি। তুস্নুক অসি কনা কনাগুম্বনা ব্রাহেংবম লৈকাইদনি অমস্নুং চরাইরোংবা অসি থোংনাং হোগাইবীদা তুবনি অসিনচিংবা হায়্নরি। লৈকাই লান্নাৎনচিংবা লাইরিক

ঐখোই লৈমা পুডুনা ওল্লকপা নিংথমথা চংলকপদা পোইন্নুগী অডু্বাইদা লাককে শমজোক তান্না নখোইস্সু মতিক চাবা অঙম-অথোগা লোইননা শমজোকতা ওকলমউ।" মন্নুং অসিদা মহারাজদি লৈবাক মীয়াম তান্নডুনা অন্না লানশোকননবা খুজিন পূম্নমক শিন্দুনা থমনে। হন্দকনী নিঙোন থাজবা চংপা অসি খুত্তা অমনি আল্লাউদ্দিনগা ভীমসিংহগা অনিগী লিলা অডু অমুকহন্না শান্নবনি। মণিপুরদগী মশীং থিঙমদবা দোলাই চোমংগা চোমংগা লৈমা পুবা শাডুনা ফিনা কুপ্পুনা চংলে, দোলাই মন্নুংদদি ন্নুপীগী মহুত্তা খুজু-খুৎলাই পাইবা অকল-অথৌ ঙাক্তা পুজেমলে। খরা চংলক-লগা, লম থায়না খায়না লান্থোং শিন্দুনা অকল-অথৌ পূম্নমক মতিকচানা থাখ্রে, মহারাজনা তেঙ্গোন অচৌবদা লৈংোবে। হায়-নখিবা মতম ইবাই কায়দনা অব্রামথৈস্সু হিগা হিগা তোংডুনা নিংথি মবিল ইন্না শমজোক তান্না হোস্পুরকলে। লৈমগা লোইন-রকপা ন্নুপীশা মনাই-মশলনি হায়ডুনা হিতান্না পুশিল্লকপা দোলাইশিং অডুদগী মীতৈ ন্নুপা লান্দা থৌবমথৈ শাপোৎ-লানপোৎ শেৎডুনা মাগী মাগী মতিকচাবা খুৎলাই পায়রগা শংশং যমনা কালদণ্ড পাইডুনা লেপ্পগুম মমাংদা লেপ্পা অডু উবদা অব্রা ন্নুপাশিং

খরদা ব্রাহ্মণম লৈকাইগী ময়া অসিবু মৈদিঙু চরাইরোংবগী তুস্নুক লম য়ংবুংনচিংবা থারি অডুনা লম অসিদা তুস্নুক হাওখুন তারম্বগী ব্রারী অডু চেৎশিনব্রে। অডুমনদি ওইরবদা ঐখোইদি তুস্নুক অসি অস্নুপ নকনা লৈরমগনি হায়নিংদে। থোংনাং হোগাইবীদা চরাইরোংবা তুবগী বারী অসিস্নু থাঙ্গমকশেংনা অশেম্বা ব্রানি মথকতা শমজোক ওম্বগী বা ইথ্রে অডুদস্নু নডনা চৈথারোল কুম্বাবদা ম্রাওরিবা মতাং অসিগী ব্রারম অডু মথাদা ঐখোইনা ময়েক মশোন ফাওবা হোংদনা কোংখৎলি,
" থৌক্রাইজম খুলঙমগী কুম শোক ১৬৩১ শক্তিবু থা ইমশা কৈশানা হলএ। ৭ নি লৈবাকপোকপদা নিংথেমনা তুস্নুক নাবা চংএ। ১৭ নি ইরাইদা নিংথেম থুংলৈএ। ২৯ নি ইমশকৈশাদা নিংথেম শিজা শেরৌ

অতু বিভুলা চুরে। তাল্লক অতুদা মখৈ অথোবগীমখৈনা চকপা মখাওভম্বা থৈথখিগদ্রা হায়তুনা অব্রা মীপুমতিনা চৈ পীবে। হিহোনবামখৈ য়ৈথুতুনা হিগী চৎফম মাইগৈ খংদ্রে। ঈশিংদা হৈনদবা অব্রানি অতুমকপু কনাগুম্বা অফংবদি মীতৈ কিবনা হকমনখিতুনা ঈশিংদা চোংথখিতুনা ঈরাকনবসু যাওরে, শিবসু কোঙ্গাই অমা য়াওরে। মতম অতুদা অব্রাগী অকল-অথোগী মখৈসু চোংথোক্লুনা অকলবা লান শোকনরবদা তেঙ্গোল অনিমক মী য়ামনা শিনরে অমসুং মমৈথংদা মীতৈনা ভমতুনা অব্রা অচংবা সুপা ৯০সুপী ১১০ ফাতুনা কোন্নুং তান্না হল্লকলে।

পাও অসি অব্রা কোন্নুং য়োবদা থিন্দুনা অব্রা নিংথৌনা মণিপুর থুগাইক্লুনবা তেঙ্গোন ময়াম থারকলে। অসোমদা গরিব-নিরাজ মহারাজসু অব্রা লানগারকপগী পাও ফংবদা থিন্দনা তেঙ্গোন ময়াম পুতুনা লানশোকেনগদবগী শানখ্রে লমগাংদা অকনবা লানফমদা অব্রা মাইথিতুনা চেনখ্রে। লানফম অসিদা অব্রা অচবা ১৫৭ ফারকই অমসুং নোংমৈ ১৬০ গা শগোল ১০ গা লোকলকই। গরীবনিরাজ মহারাজসু খুনাইগী মী নক্তে। অব্রা অসি মহুচাওবা জাংনি তন্না অমুক হল্লকপা য়াই নিংতুনা হাওনাই পুম্নমক অসি

---

লময়েংবা চৎএ। কালেন ৪ নি লৈবাকপোকপদা নিংথেম থুংলৈ।" অতুনদি তুসুক নাবা চৎপদা মহারাজ নোংগাথিবদি ওইফম থেক্তে। চরাইবোংবা মহারাজগী হাকতক অসিদা তুসুককী বা য়াওবগী মখৈ অমুক থন্নসি, "অরাম্বম থুঙ্গাংগী কুম শোক ১৬২৪ কালেন থা ২৪ নি থাংজদা মাইবা হিদং হৈবামচানচিংনা তুসুকনাবা চৎলে, ব্রোদনা হল্লকএ।" বাহেংবম লৈকাইদা ওইরবদি কোন্নুংদগী থেরক্লুনা লানচৎপদা ব্রোদনা হল্লকপা অসি অঙকপা বানি। অমুক "শোক ১৬২৫ শজিবু থা ১৭ নি লৈবাকপোকপদা মাইম্বা অচম্বানাচিংনা অহল্লপনা তুসুক নাবা চৎলে ২৪ নি ইমশা কৈশাদা থুংলৈ।" "শোক ১৬২৯ নি ফাইরেন ১৩ নি থাংজদা ভাংবমচা লমলোইনচিংতুনা তুসুক নাবা চৎএ; থেত্রি শিরোএ।" নিম্নাদ কোবা

লান হৌরকতনবা তোৎনদবা য়াদে খল্লে অমসুং নোংপোকলোমগী চীংদা লৈবা তাঙ্খুলগী মখৈ কৌথঙনা মহারাজনচিংবা অঙম অথৌ পুন্নমককা মরুপ শান্নরে। অমসুং মরক মরক্তা শমজোবতা অকলঅথৌ থাঙনা লানলুম্বা চৎলে অমসুং নাইশননচিংবা খোম-লকই অমসুং ফোস্নু য়েরকই।

খৃষ্টাব্দ ১৭১৮ গী লমদা থাদা মহারাজস্নু শমজোক তান্না লেংলে, অহ্রাগা লান শোকনবদা মীতৈ ৩১ শিরে, লমমৈ থারকতুনা মী ৫ অমস্নু শিহৌরে। হন্দককী লানফম অসিদদি অব্রা অচংবা ২৫ ফারকই। চহি অসিদা শগোল মঙ্গন শা হায়বদি আরবী শগোল অমগা মীতৈ শা ১০ গা শিন্নসি হায়ঙনা থোরকই।

খৃষ্টাব্দ ১৭২০ গী কালেন থাদা হাওবম অহল্লুপ লাকপগা ঙাংবম বৈরুংবগা শমজোক নাবা চৎলি। হন্দককী লানফম অসি কয়া মতা চারকতমাল্লে অব্রানা ঙমহৌইস্নু হায়দে মীতৈনা ঙম-লকইস্নু হায়দে, তুমিন্না তোকথোকলে।

খৃষ্টাব্দ ১৭২১ দা নিংথেম তোংদোই মব্রাংদা লান চৎলি। তুমুয়াকপগা মংশায়াকপগা অনিমকনা মচামুপী কৎলকই, দোলাই

---

লাইরিক অঙদা ফংবদি ভুস্নুক অসি তাংখুল হাওনি চয়াইরোংবা মহারাজনা লমহেনবা যুম ৩৬ ফারকুনা খাইরম্বন মন্নাদা থমই মাথোই অসিস্নু ঙাওরকলঙনা মী থমঙনা শংহল্লি। হজিক্তি খুল অসি মমিং পুমতা-তাখিদ্রে। অঙমনদি ওইরবদা অব্রাং হাও অঙাওবা লমহেনবা জাংনি মাথোই থরগী মখৈ ফারকুনা বাহেংবম লৈকাই মন্না খাইরম্বনদা থনমই মাথোই অসিস্নু ঙাওরকুনা অমুক থর হাৎন-থিন্নবা তাই মরম অঙনা পুরান্দা হাওখুল অসি লাপনা লৈবগী মতোস্নু তৌবা নকনা লৈবগী মতৌস্নু তৌবনি।

খোংনাং হোগাইবীগী মরমদা ঐখোইনা তাবা বারীদি অসিনি, মণিপুরদা শেনগী কাটি হায়ঙনা অমা লৈরমই, মাসিনা বিচার অরু অরুবা পুন্নমক তৌরমই। নোংমদি মুপা অনি সনাগী মরমদা থৎনরে। মরমদি অমনা ঐগী সনা বাইখি হায়রে অমনস্নু বাইরুই শিংবিগ্রে খুংলে অঙদি শেনগী

শাদুনা পুথোকরকই। মতাং অসিরাইদা চৈথারোল কুম্বাবা য়েংল-বদি গরীবনিৱাজ মহারাজগী অইনকনবা অমসুং কাওবা নাইদবা অসি অঙকপগী মশকনি। লাইরিক অসিদা শমজোক লানচৎপা অমসুং শমজোক ফৌয়েবা চৎপা অসি মতম অদুগী তৌদবা য়াদবা শিনফম অমা ওইনা তৌই অমনবু ওইরবসু অমনবু ওইরবসু পংনা চৎতনা তোকতে। চহি অমদা থিলহৌ থিলহৌ অহুমলকককা চৎপসু য়াওই। মার্জিং মহারাজগী হাকতকতা অৱা লানগাইনবনা মণিপুর চহি তরেৎ খুন্দাকপা ৱারী ইবা মতমদা ইউরোপকী পণ্ডিতশিংনা অৱাগী মীহাৎ মীফানচিংবা থারকপদা অৱানা মাখোইনা চান্নমক লোইচনবা ঙমদবা মীতৈ কৌবা জাৎ অসিবু পৃথিবী অসিদা চান্নমক থম্মরোই নিংলমমাল্লে হায়বা অদু খল্লু-বদা অৱাশিংনা তৌরম্বা অদু গরীবনিৱাজ মহারাজগী লান্দা তোইবা অমসুং জয়সিংহ মহারাজগী মীখাপোল্লোইদবগী হোৎনবদা মাই ওনদবা পূন্নমক অদু নিংশিংদুনা তৌরম্বা ওইগনি নিংই।

খৃষ্টাব্দ ১৭২৩ দা নিংথেমনা চান্দা নাবা চৎলে, তেঙ্গোন শরুক খরনা শমজোক তেঙ্গোন লুমউনবা থাখ্রে, নিংথেমদি চান্দা চাইখাইদুনা খুনয়াই মৈ থারনলগা তন্না শমজোক তেঙ্গোন য়োনবা

---

কাটি পাইনরো হায়নবে। শেলগী কাটি অসি হেক পাইনবদা অরানবা ঙুপা অড় কাটিনা মনা চপই। সনাগী ৱাথোকপা ঙুপা অনি অসি পাইহনবা তাবে অরানবা ঙুপা অমা মনা চপলগনি হায়দুনা য়েংগদবগী লৈবাক মীয়াম তিল্লে। সনা ৱাইবা ঙুপা অদুনা হান্না পাইবা তারে। মানা ৱাগী চৈশু অমা শুরকই মাড় মাগী ৱাপা অড়দা শিন্নরমলগা শেলগী কাটি পাইবা চৎখ্রে অমসুং শেনগী কাটিগী মনাকতা করি করি লোল্লরগা চংশিনদুনা তাপ হেক পাইবদা ঙুপা অড় করিসু চপলকত্রে। হো হো থোরকতুনা মাগী চৈশু অদু লৌখ্রে অমসুং ঙুপা অমা ৱাপা অদুনা শেনগী কাটিবু শাওমনখ্রদুনা হায় শেনগী কাটি রায়েল চুমদবা লাও ঐবু চপলো লাও হায়দুনা তাপ পাম্নবদা, শেলগী কাটি অসি ঙুং ঙুং ঙংদুনা মরোল লোল্লকপে ঙসিদগী হৌদুনা ঐ নখোইগী বিচার তৌররোই মীনম্বা

লাকলে চান্দাদগী লাল ৪৬০ ফারকই। মহারাজদি তখেল অঙ্গো চীংলোমদা লেংলকতুনা শমজোক পুমকোই কোইশিল্লে। অসুম তৌরিঙৈ মতম অসিদা তখেল লানগারকতুনা হাওরম্বু মরিগা আইনোন হাও ৬ কা ফাখ্রে হায়বা তাদুনা তেংগোন খর খাইখ্রে মহারাজসু শমজোক ঙমদুনা হল্লকলে। শমজোকতগী ফাবকপা মীশিংদি থংদ্রে অদুমকপু মী য়ামনা ফারকলম্বা তাই মরমদি খুননাই চংনা শমজোক য়োকই হাযনা য়াওরি।

মতাং অসিদগীদি গরীবনিৱাজ মহারাজগী য়েকনবা অসি অরাতা নদ্রে, তখেলসু য়াওরে মথককী চহি অসিগী হিয়াঙ্গৈ থাদা তখেল লানগারকই হায়দুনা অঙম্বা ২ না চিংদুনা লান চংলি। পুকম হাওখুন্দা লান থেংনবদা তখেলনা মীতৈ তেঙ্গোন চাইখাইরে অমসুং মী ২০ মরুম শিরে। পাও অসি তাবদা তেঙ্গোল অমুক থোমজিনখ্রে অমসুং নিংথেম মশামকসু তন্না তখেল থেংনবা লেংলে। তখেল লান তাল্লুবা হল্লকপগী মুংশা হোন্দোকপা ঙমদ্রিঙৈদা অৱানা অমুক নোংপোকলোমদা লম অনি থোকনা লানগারকলে তরেৎনমথৌ চীং মতোন্দা অৱানা তেঙ্গোন শাদুনা লৈরে, মহারাজসু পাও তাবগা অৱা লান ঙাকনবা তেঙ্গোন খরা থাখ্রে অমসুং মশামকসু চৎনবা থৌরাং তৌরে। মরক অসিদা অৱানা খর খর তকশিল্লকপনা মণিপুর তম্পাক তারে

---

মচিন থিবনা নম্নবা লৈবাক অসিগী বিচারদা ঐ য়াওবা য়াদ্রে, ঐ লুপগ্রগে, অদুগা লমকেৎপা লমহাইবা মীথোইবা মীহেনবদি ঐ মনুংদা লৈদুনা চপকে, তাও মুপা অসিগী সনাদি অমা অসিনা বাইবা থাঙ্গেশেংবনি অদুমনদি ওইরবদা মাদি ঐবু পাইরমদাইদা মাগী চৈশু মনুংদা সনা অদু হানজিল্লগা মাগী বাপাগী মথুৎতা চৈশু অদু শিন্নরমলে অমসুং ঐঙোন্দা হায়রবনা সনা অবাইবা অদু মপুদা পীজরমলবনি হায়ররে অদুনা ঐদি মাবু চপ্পা য়াদ্রে। য়েংউ, হৌজিকসু মাগী চৈশু অদু থাইদোকতুনা য়েংউ, য়েংনবদা চৈশু মনুংদা সনা অদু লৈরমলে। কাটি অসি কুচুদা লৈরমঙ্গৈ,

অমসুং মহারাজনা লেংখিবা মতমদদি অৱা তেঙ্গোনগা ৱাংজিং লৌবুকতা থেংনরে। অকনবা লানফম শোকনবদা অৱাবু মীতৈনা ঙমলে খুজু-খুৎলাইনচিংবা য়ামনা মুলহৌরে অমসুং লান্দ অশিবা থানা ২,০০০ ফাহৌই। অৱাগা লান অসি শোকনরিঙৈদা তখেলসু মখারোমদা লান্দারকতুনা মোইরাং তম্পাক তারে তখেল থিংনবা তেঙ্গোল খর থাখ্রগা মহারাজনা অৱা শোকনবা চৎখিবনি অৱা হেক চাইখাইরম্বগা মহারাজসু তন্না মোইরাং তান্না লেংথতুনা তখেল চাইখাইরে। অসিগী মতুং চহি খরদি অৱাসু তখেলসু খোইনা লান তারকত্রে। গরীবনিৱাজ মহারাজসু লৈবাককী ধর্ম-নচিংবা লাইমনিং শেংদোকপা হোংনতুনা লৈরিঙৈদা তাংখুল চীংশাং লানহৌরকলে থিন্দনা তাংখুল ঙমলে। তখেলগী তোইনা লান-দারবা অসি মহারাজগী মপুকনিংদা কাওবা য়াদনা লৈরে, অমুকতং তখেল লৈবাকতা লাম্মী থাতুনা লান্দারুগে নিংতুনা লৈ। মরম অতুনা খৃষ্টাব্দ ১৭২৭ তা মহারাজনা গুরুনচিংবা হেংগোন মীয়াম তখেল লান্দাবা থাখ্রে। তখেল য়ৌরবদা তখেলনা চান্নরশি হাঈনা য়ানরতুনা লান শোকনদনা হল্লকলে। অশাই তাংখুল লান হৌরকপা অসি তখেল লান চৎখ্রিঙৈ অসিদনি মহারাজনা লম্বু হাৎলে হায়বা পাও তাতুনা ইতোক তাংখুল নাবা লেংই। তাং-খুলনা লোইপোৎনচিংবা কৎতুনা খুরুমলরে। অতুগা খৃষ্টাব্দ ১৭৩৪ ফাওবদি তখেল লান লাকখিদ্রে। চহি অসিদা তখেল লানগারকতুনা

---

কাটি অসিগী মগুণনা মীথোই মীহেনবগী মথৈ থাওতেক খাওমাংনবা উরক-পা অতুদা মাসিমকতা কোয়ুংদা থমলগৎসি, লমকেৎপা লমহায়বা থর য়াম্বা খাইদা থমলসি হাইদুনা পথোরকতুনা মাগী মপাদা থাবা থোংনাং অদু হজিক ঐথোইনা থোংনাং হোগাইগী কৌনরিবা অসিনি হায়রৈ, মরম অদুনা মীনা হজিক ফাওবা থোংনাং অসিগী মশাগী মথাদা চৎলবদি ফমনাই কানাইদুনা চাওবা শিংশি হায়রৈ। হজিক ভুমুককী থার অমতা লৈরে ঐনা নিংবদি গরীবনিৱাজনা মথোই অসি ভুমনা মাংহনখ্রমাল্লে।

নিংথেম লালোংতান্না তখেল লান শোকনবা চৎলে থাইনে, তুরাইনে, ব্রাংকোনোক অহুমমক তিনবা শেকচাইদা তেঙ্গোন শাহ্না তখেল লানশোকনরে ছত্রজিৎ নারাণ তখেললানজিংবনচিংবা লানয়াম ফারে। মনাক অসিদা লৈবা তখেলগী লোইপূমনমক * নিংথেমনা লোই-চল্লমলে। মফম অসিদগী নিংথেমনা হি তোংহ্না থাই মরিল ইন্না চৎলগা রাম লক্ষ্মণ থুকমলমঙ্গী অমসুং তুয়াই ইরোংদা মুং খিল্লমই। মতম অসিদা গরীবনিৱাজ মহারাজগী মপাঙ্গল অসি য়ুমলোন কৈরোম্নবা লৈবাক খৈবিকনা য়ামনা কিনরমঙ্গী, মৱম অহ্না ময়াংনিংথৌনা মহারাজনা কোন্নুং য়োৱবা মতমদা তখেল লানশোকনবা মতমদা পোৎলানহৌদ্রে হায়হ্না অঙম্বা অমনা চিংহ্না মুপা ৮০ গা লোইননা মণিপুর ভম্পাক তান্না পোৎলানবা থারকই।

খৃষ্টাব্দ ১৭৩৮ দা অৱা অমুক ফাওরকলে গুরুনাচিংনা নিংথেম ম্রাওনা লান চৎহ্না মচিদা লানশোকনবদা লান য়ামনা ফারকলে। চহি অসিদা পোংনা অৱা নাবিয়ু হায়হ্না গরীবনিৱাজ মহারাজবু লান নেকলরে। তন্না অৱা লাইবারম্নু থুংলরে। পোংগী পাও লাকপা মুপা অহুদা মহারাজনা মরোল পূমনমক হায়হ্না মাখোইগী নিংথৌগী মৱা খংলু হায়হ্না থাখি, থা ৫ রুম শুরগা পাও পুহ্না লাকলে পাও অসি নিংথেমগী মপুকনিং চারমগত্রা। নিংই মরমদি নিংথেম গুরু অনিমক পোংগী পাও লাকপা মুপা অনিগা লোইননা হিয়াংথাংদা হৈ চানবা চৎলি, পোং তন্না চংখ্রে।

খৃষ্টাব্দ ১৭৩৯ গী পোইমু থাদা নিংথেম অৱানাবা চংলে, চেগং তান্না লেংই। হন্দককী খোংচৎ অসিদা মহারাজনা পোংনিংথৌ

* টিপাইমুখকী মথক বাঙাইতাং চীংশাংগী অশোমথংবা চীংয়া অসিদা তখেলগী মথাপোনবা লম থর লৈরমঙ্গী, মাহুদা লানদাবগী বা অহু মথকতা ইরিবা অসিনি।

ময়াম্মবু পোংগী নিংথৌ হাপলমলগা দোলাই তাব্রং ঙম্বনচিংবা নিংথৌপোৎলোই শুনা পীরমই। লান অসিদা পোৎচৈ য়ামনা লোকলকই, মতাং অসিগী মরমদা গেট সাহেবনা ইরম্বা অদু মীতৈরোনদা হন্দোকতুনা হাপলি। চহি ১৭২৫ দগী ১৭৪৯ গী মনুংদা মানা (গরীবনিৱাজনা) অৱাগা মথং মথং মানা ঙম্না লানশোকনয়ে অমসুং মাখোইগী মরু ওইবা সহর য়ামনা লৌয়ে। অৱা কোন্নুংমকসু লৌরম্বা য়ানা লৈরমলবনি অদুদা মাগী ফিৱাল ঙ্গংশিৎনা হুমদেকতুনা থুদেকপদগী কুসংস্কার লৈবা মপুকনিং অদুদা য়াম্না কিরদুনা থুনমক সন্ধি তৌশিনদুনা হল্লকলে।

অসুম তৌদুনা ল'নমকতা শোকনরিডৈ অসিদসু মহারাজ অসি ধর্ম্ম সংস্কারগী মরমদসু পুকনিং চংলমঈ। উমং লাইনচিংবা নিংঙরোই হায়দুনা লাইশ.ন.চংবা থুদেকলে। লাই ব্রাহাঈবগী মূর্ত্তি থুগাইয়ে। মী অয়াম্বনা হুজিক গরীবনিৱাজবু রামান্দী ধর্ম্ম চৎলমই হায়বদি রাম উপাসকনি হায়নৈ অদুগা চৈথারোল কুম্বাবগী মতুং ইল্লবদি হান্না রামান্দী চৎলমলবসু শান্তদাস মহাপুরুষ লাকলবা মতমদদি রামান্দী চৎলমদবগী প্রমাণ ফংই। রামান্দী চৎপগী মথৈ দগুি তৌবগী রা য়ামনা তোইনা উই। কৃষ্ণগী ফুরা দোলান শাবগী বা য়াওই। অদুমকপু গরীবনিৱাজগী ধর্ম্ম অসি অসিমকনি হায়বদি অতাংবা হায়বা ঙমদ্রে, অদুগা মাসিবু পরমার্থ ধর্ম্ম কৌরমঈ হায়বগী মথৈদি ফংই। রাংথৈ লৈকাইগী রাজী পুখ্রি অচোবা অসি গরীবনিৱাজনা তৌরম্বনি। মহাবলীগী হনুমানগী মূর্ত্তি অসিসু কৈথেন্দা য়ুংলম্বা নুংনা গরীবনিৱাজ মহারাজনা শাহল্লম্বনি, মহাবলী উমং অসি হানদি মোংবাহনবা কোরমঈ হুজিকসু পুরণদা অদুমক কোই।

নিমান্দী ধর্ম্ম চৎপা কাংবুবুসু দগুি তৌই হায়বা য়াওরি। পরমার্থ ধর্ম্ম অসি গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী ধর্ম্ম ঐখোইনা

হুজিক চৎলিবা অসিসু নত্তে। মরমদি ধর্ম্ম অসিদি জয়সিংহ মহারাজগী মতমদা মাহাকনা হোদোকলম্বনি। গরীবনিৱাজ মহারাজগী মথক্তসু মৱা মপুরোইবা শিরগা মতু য়াওনা পোৎলোইবগীৱা য়াওই, অতুম ওইনমক মহারাজ অসিগী হাক্তকতনা মতোইরে। গরিবনিৱাজ অসি চৈথারোল কুম্বাবদদি গোপালদাস কৌবা অমদা লাইমিং লৌই হায়না য়াওরি। অতুগা চৈথারোল কুম্বাবগী মফম অয়াম্বদা গুরু হায়না লানচৎপা হিয়াং তোংবনচিংবদা য়াওরিবা অতুদি শান্তদাস মহাপুরুষবুনি। হুজিক্কা মতম অসিদা মাখোই অনি অসি মী অমতনি নত্রগা তোঙান তোঙানবনি হায়বা লেপনবা পাম্বে অমতসু লৈত্রে, অতুম অতুম ওইনমক শান্তদাস মহাপুরুষ অসিদি সিলোটকী নরসিং টিলাগী আখড়াদগী থোরকপনি হায়নৈ।

গুরু অসিসু লম্বোই তুপোইবগী মতৌ মান্দে অৱা লান-শোকনবা তখেল লানশোকনবনচিংবদা লানজিংবা ওইতুনা চৎপগী প্রমাণ ফংই। মতম অমদা মাহাকনা মণিপুরগী থবক পুন্নমক সুপ্লম্বগী খুদম ফংই। থায়না মমাংৈদদি মণিপুরগী পাঞ্জিগী থবক অসি ব্রাহ্মণনা তৌনরমই অনসুং ব্রাহ্মণ কল্যাম্বর মিশ্র কৌবা অমগী ধায়না মহৈহৈবা খিবিকপু হায়বদি লাইরিক হৈবা মখেবু পাঞ্জি তম্বিরমই। অতুম ওইনমক মহাপুরুষনা বামোন্না পাঞ্জি তৌবদি মশিন নত্তে, মাসিদি গণক্কী থবকনি হায়বদগী গরীবনিৱাজ মহারাজনা তোকলো হায়না খিংলে অতুদা বামোন মখৈ শাওরতুনা অয়ারোম চংখ্রবদা তান্নতুনা ব্রাংজিং মরুদগী খাম-তুনা হলহল্লকই। মহারাজনা সনামহি লাৎলরোই হায়তুনা মূর্ত্তি থুগাইৱবদা মহাপুরুষ অসিনা মাহাকপু সিলোটতগী মণিপুরতান্না কৌথোকলবদি লাই অসিননি মাবু লাৎপদি তোকপা য়াদে হায়রবদা মহারাজনা সনামহিগী মূর্ত্তি অমুক লিংখত্তুনা ব্রাহ্মণবু সেবা তৌহনখি। হুজিক ফাওবা সনামহিবু বামোন্না লাৎলিবা অসি গরীবনিৱাজ মহারাজগী মতমদগী হোদোকলম্বনি। মথক্তনা

হায়খ্রে মহারাজ অসিনা চৎলম্বা ধর্ম্ম অসি হিন্দু ধর্ম্মগী কয়ম্বা মশানো খংবা খয়া লুই, মাগী মতমদা রামান্দী চৎপা মীমখৈ রাকোংহনবা অসি অমুক অনিরক্তা নত্তে ফন তোইনা তৌরমঈ অতুমনদি ওইরবদা মাগী মতমদা মাহাকনা শিন্নতুনা কীর্ত্তিবাসনা লেংবা বাঙ্গালা লোনগী রামায়ণ অসি সপ্তকাণ্ডমক শুনা মীতৈরোন্দা লেংথোকলম্মী। মাহাকনা রামান্দী ধর্ম্ম চৎপা কাংবুবু অসি য়েৌনা তাখিরগা রামায়ণ অসি করমনা মীতৈরোন্দা লেংথোকহল্লম্বনো মফম খংদে, ঐখোইনা খনবদি মাহাকনা রামান্দী ধর্ম্ম চৎলিভৈদা মাসি লেংহল্লম্বা তাই। মমাংভৈদগী হৌনা চৎলম্লবা রামান্দী নিমান্দীনচিংবা ধর্ম্ম অসি তোকহনগদবগী হোংনবদা চুম্না মাখোই অতু চৎপা মীতবু দণ্ডি তৌরগা তোক্তনা মাখোই অসিগী খুদম লৈবা য়াবা লাইরিক লাইশুনচিংবা পূন্নমক মৈ থাদোকলে, মাতু উবদা মতম অতুগী মহৈমশিং হৈবা রামান্দীনচিংবা ধর্ম্ম চৎপা মরু ওইবা মীনা মাগী খুকন পাঙ্গনবগীদমক মাবু কিরবসু মপুক্তদি মাবু য়াম্না তাখিরম্মী, ময়ম অতুনা মথক্তা হায়খিবা আঙোম গোপীনা লেংবা লাইরিক্তা মাহাকপু হাওনি হায়বনচিংবা অতুগী মরু ওইবা মরমনি। মহারাজ অসিগী অসিগুম্বা মানা নিংবতনা অফবনি নিংবা খুৎকন পাঙ্গনবা মীনা খনবা হৌনবা ব্রাখল অসিসু মমৈথংদা মাহাকনা অহল ওইরকলবদা মাগী মফম কৎথোক্তবা য়ারমদবা অমম্সুং মাহ্ থোকনবা রা তান্নবা বা বুগী মপুকনিংদা মহারাজগী মথৱাইমক মাংহনগে নিংলমদ্রবসু তান্ন- রম্বা রা অহ্ থবক পাংথোকনবা হোৎনরম্বা কাংবুনা খুমাং চাওশিল্লুবদগী তোম্ফাংহিদেনগী তমখিরবা থৌদোক অসি থোকখিবনি। অমুম- তৌতুনা খুৎলিংনবা অসিগী মহৈদি মখাদা পাল্লকপা নিংথৌশিং অমম্সুং মাখোইগী প্রজানা লাল নংলয়ে।

অম্সুপ য়াম্না খুৎকনপাঙ্গনবা য়ুমলোন কৈয়োননবা নিংথৌ মমাম্লবনা কিনফম ওইবা নিংথৌ অসিনা অময়োমদসু লাইরিক

লাইস্নুনচিংবদা মথৱাই য়াওরম্বা অসিস্নু শিংথানিঙাই ওইবনি। হুজিক ঐখোইনা মীতৈ লাইরিক অরিবনি হায়দুনা ফংলিবা অসি অয়াম্বগী মখৈ মাগী মতমদা নত্রগা মতুংদা লেংবাঙাক্তা ওইনা নিংবা য়াবা মরম য়াম্না লৈ। গরীবনিৱাজ মহারাজ মশামকনা লেংলম্বা লাইরিকস্নু ঐখোই উরে। মথক্তনা হায়খ্রে মতম অসিগী মরু ওইবা পণ্ডিতকী মন্নুংদা অঙোম গোপীবু মকোক ওইনা শীংথানবা য়াই। গঙ্গাদাস সেনগী মহাভারতকী আদি পর্ব্বনচিংবা মানা লেংলম্বা লাইরিকশিং পারগা মাহাকপু ওন্থোক্লা লাইরিক হৈবা মীনি হায়না থাগৎতবা য়াদে, অমরোমদা নিংথৌ-রোল শীংকক পারুরগা পাঞ্জিগী মহৈনা মরম ওইদুনা মাবু ভূত ভবিষ্যৎ বর্ত্তমান উবা মুপানি হায়না থাগৎতবস্নু য়াদে। লৌরেম্বা খোংনাংথাবা, লাঙ্গোন লুখোইনচিবা পণ্ডিতস্নু মতম অসিগী পণ্ডিতনি হায়নৈ।

খৃষ্টাব্দ ১৭৪৮ দা গরীবনিৱাজ মহারাজনা মজাইবুংঙো অজিৎ-শাইদা * ফম্বাল শিন্নরে। মতম অসিগী থৌদোক পুন্নমক খল্লুবদা অৱাবগী মশকনি, মহারাজ অসি কোন্নুং থাদোক্তুনা রামশালাদা লৈরে অদুদগীস্নু অমুক নকমল্লি নিংথৌ অনি পানমিন্নবা হৌনদে হায়রে, অদুনা থাঙ্গাদা লেংখ্রে, থাঙ্গ লেংবা অসি কুম্বাবদদি থ্বা য়েংবনি হায়, মহারাজনা মপানফয়িঙৈদা থাঙ্গদা থ্বা থারমঙ্গ মাদু য়েংবা লেংবা ওইনা থোকহল্লি। থাঙ্গদগীস্নু অজিৎশাইনা তান্থো-ক্তুনা অৱাতান্না লেংখ্রে (খৃষ্টাব্দ ১৭৫১)। মহারাজ অৱাদগী তন্না লেংথোকয়ক্লে হায়বা তাদুনা অজিৎশাইনা মী থাদুনা মহারাজবু তোম্ফাংহিদেন মপান্দা মাংহল্লুরে। মহারাজগী থৌগন তৌজেম্বা

* মীতৈপুরাণ অয়াম্বদা চিংশাই হাইনা ফাওই। গভর্ণমেণ্ট রেকর্ডদা অজিৎশাই হায়না ইরমঙ্গ জমস্নুং অর্থস্নু মাসিনা চাই, অদুনা ঐথোইস্নু মাহা কপু অজিৎশাই কৌরে।

মজাইবুংঙো শ্যামশাই, কিশোরশাই, বামোন ব্রারিলিবা হঞ্জবা মপামচা, মোইরাং ললহান্বা কভব্রান অসিনচিংবা ব্রাহ্মণ, নিংথৌমচা, লম্বোইবা, অঙম অথোনচিংবা মী ২০ মরুম লোইনা হাংলে।

ভরতশাই—খৃষ্টাব্দ ১৭৫২ গী কালেন থাদা ভরতশাইনা নিং-থেম অজিৎশাইগা মচা দেবশাইগা মনাও সেনাপতিগা অহুমমক ময়াং লোমদা তাম্থোক্নুনা নিংথৌ ওইরে।

গরীবনিৱাজ মহারাজগী মজাইবুংঙো অনন্তশাইনা তোম্ফাং হিদেন তান্না চত্নুনা মবাইবুংঙোগী শ্রাদ্ধ শোল্লুই।

---

# পন্দুপ ৪ শুবা।

(মরাম্বা) গৌরশ্যাম, জয়সিংহ—খৃষ্টাব্দ ১৭৫৩ দা ভরতশাইবু অব্রারোমদা তাম্থোক্নুনা গৌরশ্যাম মরাম্বনা নিংথৌ ওইরে। গৌরশ্যাম অসি গরীবনিব্রাজগা মজা ইবুংঙো শ্যামজাইনা পোকপনি, মনাও ইবুংঙো জয়সিংহ নত্রগা ভাগ্যচন্দ্রনা যুবরাজ ওইয়ে। মচিনমনাও অনি অসি চহি মঙা মঙা নিংথৌ ওইনবা অমনা নিংথৌ ওইরিঙৈদা অমনা যুবরাজ ওইবা হায়না লেপ্নত্নুনা নিংথৌ ওইখি। গরীব নিব্রাজগী মজাইবুংঙো তোলেন তোম্বদি ওকতোংদা লোই থাবদগী নিংথৌ ওইগে হায়ত্নুনা লাকপদগী কাব্রং থৌরিনা পুন্দুনা হাংলে। খৃষ্টাব্দ ১৭৫৭ তা ব্রায়েনবম খেলেম্ববু মোইরাং নিংথৌ হাপই। খেলেম্বা অসি মহারাজগী মমাগা পোকমিন্নবা মামনি। মাহাকপু মোইরাং নিংথৌ হাপলগা মহারাজখোইগী মীচং ওইত্নুনা কান্ন-গবন্না নিংত্নুনা হাপ্লুবদগী ফত্তবা ওন্দুনা তোকখ্রে। মাহাক

মোইরাংদা কোমুং শাতুনা লৈখ্রে অমসুং মনিংমখা তম্বা নিংথৌ ওইগে নিংলকলে অমসুং খুদোংচাবা থিতুনা লৈরে, অসুম তৌরিভেদা অরা লৈবাকলোমদা অলোম্প্রানা নিংথৌ ওইরি, অলোম্প্রা অসি মতম অতুগী অঙকপা মুপা অমনি করিসু লৈতবা প্রজা অমা ওইতুনা লৈরম্বদগী মথৌনা অমসুং মথুজিনতনা অরা লৈবাককী নিংথৌরেল ওইখ্রে অমসুং মাগী মথৌনা অসি য়ুমলোন কৈরোলনবা লৈবাক পূমনমকপু খংহননিংতুনা লৈরিভেদা মণিপুরগী নিংথৌ খুবম মুন্নবগী পাও অসি তারে, থাঙ্গেশেংবমকসু অরায়োমগী রাগী মতুং ইন্না মণিপুরগী নিংথৌমচা অমনা মাঙোন্দা নিংথৌ খুবম শেম্বিনবা লাওরবে হায়রে, অতুনা অলোম্প্রা অসি তেঙ্গোল অনি থোকনা মণিপুরগী নিংথৌ কনানা ফংফম থোকপগে বিচার তৌগনি লাকলে। অসোমদসু গৌরশ্যাম, জয়সিংহ, অনন্তশাইনচিংবসু মমাই লৈবা মী নত্তে, অলোম্প্রাগী তেঙ্গোল অনি অতুগা লাল থেংনগদবগী শাললে। অত্রানা মী য়াম্মনবনা মীতৈ তেঙ্গোল মায়োক য়াঙমদনা কাইরে। মরম অতুনা নিংথেমসু লৈবাক প্রজা পূমনমকনা লোইননা চীংদা চেনতুনা লোংখ্রে। অলোম্প্রানা মণিপুরদা খুংলরবদা কনাসু লৈরমদবা অতু উবদা করিসু তৌনিঙাই লৈততুনা হনবা তারে, অতুদা মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বনচিংবা মী খরদি মাঙোন্দা চংজরে। খোংচৎ অসিদা অলোম্প্রানা মণিপুরদগী খোমলকপা পোৎচৈদি সনানা শাবা পাত্রনচিংবা ওম্থোকনা য়ামনা থাই। অলোম্প্রা হেক হনখিবগা চীংদগী কুমথরকতুনা লৈবাক অমুক খুল্লিংলে। মাসিগী খোংফম অসি মহারাজখোই খারম পল্লেনদা লোৎলি হায়।

আসোমদনা অজিৎশাইনা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানিদা নিংথৌ তানথোকপিরে নিংথৌ শেম্বিয়ু হায়না রা নারি হায়বা তারে, মরম অতুনা খৃষ্টাব্দ ১৭৬২ দা হরিদাস গোঁসাই কৌবা মুপা অমবু মোক্তারনামা হাপ্তুনা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানিদা দরখাস্ত অমা থারে

অমস্থং চাট্টিগাওগী বেরেলষ্ট সাহেবকা সন্ধি পত্র অমা ইনদুনা মণিপুর ঙাকনবা সরকারগী সিফাই পল্টন অমা থারবলে, মতম অদুগী লস্বী থোংনগা ফত্তবনে মুমিৎ কুইনা চংবা অদুদা তেঙ্গোন অসি নানরকপনা কাছাড়গী কোন্নুং খাসপুরদগী হনবা তাখ্রে। মতম অসিদদি গৌরশ্যামগী নিংথৌ ওইবা মতম শুরদুনা জয়সিংহ নত্রগা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা নিংথৌ ওইরে। খৃষ্টাব্দ ১৭৫৯ দা ভাগ্যচন্দ্র ফম্বান কাই। খৃষ্টাব্দ ১৭৬০ দা চন্দ্রাব্দ (কোবা) শক অমা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা লিংখৎলমই।

মথবতা হায়খিবা ইংরেজগা ইনবা সন্ধি অসিগী মতুংইন্না জয়সিংহ মহারাজনা ইংরাজী সিপাই লৈনবা অমস্থং কারবারগীদমক মতিবচাবা লম কিল্লানচিংবা শানবা অমস্থং মাদুগী অকোইবদা খুদুপ ৮০০০ খাজনা য়াওদনা মুমিংনা থানা লৈরিবগীমখৈ পীগনি হায়না য়ানরে অমস্থং সিফাই অসি লৈবগী খরচ পৃমনমকস্থু মহারাজনা পুগদবনি। *

খৃষ্টাব্দ অসিদা তেলঙ্গানা হেক থুংলবা খর লৈরগা তাংখমদা ব্রহ্মচারীবু মনাইনা হাৎলি হায়দুনা মহারাজ মথাই মুংঙাইতদুনা চহি শুদনা ফম্বাল কুমলে, গৌরশ্যামনা ফম্বাল কারে। গৌরশ্যামনা

*মথকতা উখ্রে মণিপুরতান্না লাকলম্বা সিফাইশিং অদু খাসপুরদগী হনখি। মরম অসিনা সাহেব অমতা মণিপুর মৌরকলমদে অদুমনদি ওইরগা চৈথারোল কুম্বাবদা খৃষ্টাব্দ ১৭৬৩ শুবদা হরিদাস গোঁসাইগা লোইনদুনা তেলঙ্গা হায়বদি কোম্পানিগী সিফাই লাকলম্বগী বা ইরিবা অদুদি সাহেবপু নত্তে। মরমদি ওরিয়েন্টলারপার্টরি কোবা লাইরিক অদুদা নেহারদাস গোঁসাই ফকিরনা মণিপুরগী মরমদা ইরকপা য়ারোল অদু পারগা থংবা ঙমই—নেহারদাসনে, হরিদাস গোঁসাইনে, রামজানি সুবাদারনে অমস্থং সিফাই ১০ নে খৃষ্টাব্দ ১৭৬২ গী সেপ্টেম্বরদা মণিপুরয়োমদা চৎলি অমস্থং ডিসেম্বর থাগী তাং ২০ দা মণিপুর য়ৌই। অদুনা এপ্রেলগী তাং ১৭।১৮ ফাওবা মফম অদুদা লৈরমঙ্ঈ। মাসিদা

অমুক মী থাদুনা কোম্পানিগী সিফাই থাবিরকনবা হোংনরে অমম্তুং হন্দকতা অব্রানা লৈবাক থুগাইখিবনা খরচা অদু শেল ওইনা নত্রগা সনা ওইনা পীবা ডমদ্রে ললোনপোং ওইনা পীজরগে অমস্তুং মীতৈগী সনা টাঙ্গা ৫০০ সু টাঙ্গা' অমমদা লুপা ১২ শকতুন' হান্না পীজরকলগে ডাংনবে। চাট্রিগাওগী বেরেলষ্ট সাহেবকা হরিদাস গোঁষাইগা সন্ধি পত্র অমা ইনদুনা হায়বদি মণিপুরগা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানিগা অনি অসি অমনা অমগী লান পাংনগনি অমস্তুং ইংরেজ কোম্পানিনা মণিপুরদা ললোন ইতিক তৌবদা বেয়া লৈত্রবা অসিনচিংবা ইনরে অমস্তুং ইংরেজ পল্টন অমা মণিপুরদা থমগনি থবকশিং হসিগীদমক মতিক চাবা মফম অমা খাজানা পুদনা মণিপুরনা পীগনি মাদুদা থবক মফম অমস্তুং কিল্লান-চিংবা শাগনি মাদুগী অকোইবদা খুতুপ ৮০০০ অমা খাজনা লৌদনা পীগনি অসিনচিংবা ইনদুনা লোইরবদা বেরেলষ্ট সাহেবনা মশামকনা সিফাই পল্টন অমা পুদুনা মণিপুরলোমদা থোরকলে, মতম্ম অদুদা লম্বী থোং ফত্তবনিনা সিপাইশিং অদু য়ামনা খুদোংথিবা নংলে অমস্তুং লমখাংদা নানরকপনা চংপা ডমদ্রদুনা কাছাড়দগী হনখি-বগী ব্রারম অদুনি। মাসিগী মতুংদা মহারাজনা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানিগী মী মণিপুবদা লাকপিনবা য়ামনা হোংনরমঙ্গ ডমদদুনা তোকলে। শক ১৬৮৫ থদ্রান ২৯ নি লৈপাকপোকপদা গৌরশ্যাম নোঙ্গাখ্রদুনা চিংথংখোম্বনা ফম্বাল কারে।

জয়সিংহনা সনাগী থনিদগী কুম খুদিং সনা তান্দুনা কংপা হাওখুন অমা কংলকত্রে হায়রদুনা লানচংপগী রা য়াওরি, লান অসিদা হরিদাসসু কোম্পানিগী সুবাদার অদুসু সিপাইশিংসু য়াওজেমই হায় অদুগা চৈথারোল কুম্বাবদসু শোকপাও নাবদা জয়সিংহগা তেলঙ্গাগা লোইমিন্নে হায়রি অদুনদি তেলঙ্গা হায়বা অসি সাহেব নত্তনা কোম্পানিগী সিপাই অসিবু ওইরম্বা তাই। মাকলং মমাং লৈতোংগী অরাংথংবা অদুদা রাপোকপী কৌবা মফম অমদা তেলঙ্গা য়ুমফম কৌদুনা হুজিক ফাওবা লৈরিবা অদু মাথোই অসিন লৈরম্বা য়ুমফম ওইবসু য়াই।

খৃষ্টাব্দ ১৭৬৫ দা অম্না অমুক লাকলে, মহারাজনা তেঙ্গোল পুন্থনা ককচিং তান্না অন্না নাবা লেংলে, বাবাজী হরিদাসস্মু লানফম অসিদা য়াংঙ্কেমই লান কন্না শোকনরবদা ওমদ্রন্থনা মীতৈ কাইন্থনা হল্লকলে, মহারাজদি ময়াংলোমদা চেনখিন্থনা তেখাও য়োংখ্রে। অসোমদনা মোইরাংনিংথৌ খেলৈম্নু নাংনা নিংথৌ ওইন্থনা পাঙ্গহোরে। অন্না নিংথৌদা নিঙোল অমা থাজরে অমস্মুং অরাগী মখা পোনগে য়ারে, মহারাজগী মীচং লেপ্পা মী মথৈ লোইনা হাত্তোকলে। মোইরাং পল্লি কৌন্থনা লৈবা পল্লি অসি মোইরাং নিংথৌগী মনাও মুপা চন্দ্রমণিনা মতম অন্থদা খোল্লনঈ। মচীন মনাও অনি অন্থ অমুক নিঙাই তৌনরক্লুনা ময়াম্মনা মনাও মুপা চন্দ্রমণিবুস্মু হাত্তোকলে।

অসোমদা মহারাজদি কাছাড় তান্না চেনখিন্থনা কাছাড়গী নিংথৌ সন্ধিকারীগী কোম্নুংদা লৈরুরে, মতম অন্থদা তেখাওদদি অহম নিংথৌ রাজেশ্বরনা পাল্লঈ অমস্মুং কাছাড় অসি মাগী মখা পোল্লমঈ, মরম অন্থনা সন্ধিকারীবু তেখাওদা লাকনবা কৌহন্নুবদা সন্ধিকারীনা য়ারকত্রে অন্থদা তেখাও নিংথৌ রাজেশ্বরনা বড় বরুয়াবু তেঙ্গোনগা লোইননা থাবদা সন্ধিকারী লাকলে। মাগা লোইনন্থনা মণিপুরগী মহারাজ জয়সিংহস্মু তেখাও য়োরে। মতম অসিদা তেখাও নিংথৌদা মহারাজনা অন্না শোকনবিয়ু হায়জবদা য়ারন্থনা মহারাজদি তেখাওদা লৈহোরে সন্ধিকারীদি মরৈবাকতা হনখ্রে। পাও অাস অসোমদা মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বনা তারন্থনা মী শীন্থনা লারিক থারে অমস্মুং তেখাও নিংথৌদা জয়সিংহ অন্থ মীতৈ নিংথৌমচা নত্তে শাশিন্নবনি অসিনচিংবা পাও চৎখ্রে। মহারাজবু তেখাও নিংথৌনা শামুদা চাং য়েংই হায়বা অন্থ মতাং অসিদনি। তেখাও নিংথৌনা থুনমক সিপাই তেঙ্গোল খোমগৎলন্থনা চড়াই দেওগী মখারোমদা তুবৎ শমখিন্থনা চীংদা মণিপুর তান্না চুৎনবা থারকলে। লম্বী অসি ফৎমনদবনা

মাদু শেমদুনা চৎনবা হোৎনবদা মতম য়ামনা চৎখ্রে অনা অয়েক য়ামনা নংলে মীসু য়ামনা শিনরে অমসুং হাওনসু কয়া অমা হাৎলে অদুগা লিন্না চিক্লুনা শিবসু কয়া অমা য়াওরে মাসি পুন্নমক অসি তেখাও নিংথৌদা থংহল্লকপদা মহাকনা তেঙ্গোল হল্লকও হায়রকলে।

খৃষ্টাব্দ ১৭৬৮ গী নবেম্বর থাদা রাহায়োমদা অমসুং কাছাড়ী-শিংগী লৈবাকলোমদা চত্তুনা মণিপুর য়োনবা তেঙ্গোল অমা থারে। তেঙ্গোল অসি মী ৮০,০০০ না শাবনি হায়নৈ। তেঙ্গোল অচৌবদি রাহাদা লৈহৌয়ে মী ১০,০০০ দি মহারাজগা নিরাপ তুরেল মপাল ফাওবা লোইনরক্লুনা লৈহৌরে, মহারাজনা মণিপুর তম্পাক তারকতুনা খেলেম্বনচিংবা হাৎতুনা নিংথৌ ওইরে। তেখাও নিংথৌদা ময়াম্সুং গৌরশ্যামনা পোকপা মজাইবেম্মা অমা থাজরে। আসামগী ইতিহাসদা ফাওবা কুরঙ্গনয়নী কৌবী মহারাণী অদু মাসিনি। মতম অসি ফাওবা অসি গৌরশ্যাম অমসুং জয়সিংহ অনিমক শঙাইথেন নত্রগা জয় নগরদা পাল্লম্বনা নমই। হন্দক তেথাওদগী লেংথোরকপা অসিদি শঙাইত্রৌদা হোংগৎলে।

খৃষ্টাব্দ ১৭৬৯ দা মহারাজসু চজিংদা হোংলে অমসুং অন্না তান্না লানগারকলে। নিংথেম ময়াংদা চেনখ্রে কৈবিরামনা লৈবাক ঙাক্লুনা লৈরে। মরক অসিদা নিংথৌ খুবম মুন্নতুনা কৈবিরাম্সুসু হাক্লোকখ্রে, কোকিলান্দনা নিংথৌ ওইরে। অসোমদা মহারাজসু ময়াংলোমদগী লেংথোরক্লুনা শঙাইথেন য়ৌরে, মহারাজবু চংহল্লোইদবগী শঙাইথেনদা থর কাপ্নরাকনতুনা তৌবদা মহারাজনা ঙমতুনা নিংথৌ ওইরে।/

খৃষ্টাব্দ ১৭৭৩ দা অন্না অমুক তন্না লানহৌরক্লে। মহারাজ ময়াং লৈবাকলোমদা লেংশিনথরে। জয়সিংহ মহারাজনা ময়াংদা হেক হেক চেনবা অসি ঐ:খাইনা চুন্না অয়া হেক লাকপগা

চেনবা ওইনা নিংবস্থু য়াই মাতুদি নত্তে অৱানা অমুক অমুক লাকপা অসি চুম্নগী নত্তুনা অকনবা লান শোকনৱবা মতুংদা তেঙ্গোন্না মী য়াম্মনখিবগী খাংবা য়াদত্নুা চেনবা ঙাক্তুনি, ঐখোইনা নিংবদি কর্ত্তা মহারাজ অসিদি মরৈবাকপু মীখা পোনদনবা লাক-নবদা থৱাই য়াওবা মথৱাইমক থাবা পামুদবা, মচানুপা অনিস্থু অৱানা জামিনগী মশক ওইনা ফাতুনা পুখ্রবনি অতুকক্তুদা মচা হাংখিগনি মথৱাই শিগনি খনদনা অবিবা লৈতনা মণিপুরগী মনিংমথা তম্বা মাংদনবা হোৎনরম্বা অসি রাণা প্রতাপসিংহ নত্রগা কিং ক্রুসগী পান্দম ওইবা অয়ুক য়াহৌরকপদা নিংশিংনগদবা ওইবা মুপানি। মাগুম্বা মুপা খর পোকলম্বদগী মণিপুর অসি হুজিকফাওবা মণিপুর ওইতুনা লৈরিবনি। নত্রবদি অৱাগী খুয়া উফুল্ মরক্তা তোৎখিবস্থু তোৎশিংলোইদবনি।

খৃষ্টাব্দ ১৭৭৪ দা অবা অমুক লানগারকলে। ৱাংখৈনা লৈবাক ঙাক্তুনা পালহোই হায়বা অসি হন্দক্কী খোংফম অসিদনি। মহা-রাজ হন্দক্তি তখেল তান্না লেংলে। খৃষ্টাব্দ ১৭৭৬ তা মহারাজ লেংথোরক্তুনা ৱাংখৈবু ময়াদা তান্থোকখ্রে মসিগী মতুংদগীদি অৱা থোরকতরে। মহারাজনা বিষ্ণুপুরদা লৈরিঙৈদো কাইনদা থৈবোং য়েংবা লেংতুনা হিয়াঙ্গৈ থাগী ১২ নি পানবা ইৱাই মুমিৎকী য়ুথক মতুং পুং অমা চংলকপা নিংথৌকাবগী খেল, মাহেন্দ্রগী খেন্দা শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউ নির্পণ তোরে। শ্রীশ্রীগোবিন্দ নির্পণ তৌৱবা মতুংদা জগোই রাসনচিংবা হৌদোকলে, হুজিক জগোই ৱাস খুদিংদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী প্রার্থনা অমমম তৎতনা য়াওরিবা অসি মরম অতুননি। মতোন ইবুঙো অনন্তশাই মন্ত্রীদি মতমলৈবাখিবিক্তা মহারাজগী মিচং ওইতুনা লেপ্পমঙ্গ মরমঅতুনা বিজয় গোবিন্দ মণ্ডোন্দা সেবা তৌহল্লে অমসুং নিংথৌনা তৌবা হৌনবা লাইগী সেবা পূম্নমক তৌহন্দুনা থমলে। হোৎনবা কনবা মুপানা লক্ষ্মী ফংই হায়বা ৱা লৈরি; জয়সিংহ মহারাজনা চীংবুরোই তম্বুরোই

লৌদুনা মণিপুরগী নিংথৌবেন্দ ওইদুনা য়েক্লা তিংখং লৈতনা পাল্লে। গৌড়ীয়া ধর্ম্ম অসি মানা হৌদোকলম্বনি।

মাহাকপু কর্ত্তা মহারাজ কৌই, ভাগ্যচন্দ্রসু কৌই, জয়সিংহসু কৌই, লোইনাই কৌবা চীংথংখোম্বাসু কৌই। কর্ত্তা কৌবদি ময়াংলৈবাক লোমদা লেংলুবদা থোল্লকপনি। আসোমগী লোন্দা নিংথৌ নত্রগা জমিদারনসিংবা অচৌ অচৌবা মীবু মখাদা লৈবা নত্রগা তত্তোপ্পা মীচমনা কর্ত্তা, কর্ত্তাবাবু অসিনচিংবা কৌনবা অদুনা নিংথৌনি হায়বা অদুদা কর্ত্তা কর্ত্তা কৌখিবদগী মিংথোল অসিনা চৎনখিবনি। লৈবাক তাকউ তুম্মুরবদগী মানা তেখাও-রোমদগী থোরক্নুনা অমুক লৈবাক শেমগৎলমই হায়বগী লোই-নাই কৌবা চীংথংখোম্বা কৌই। ধর্ম্ম লৈবা লাইনিংচেৎপনচিংবদা মাগুম্বা নিংথৌদি মণিপুরদা খর হ্বাৎলি হায়বসু য়াই। মীতৈ লাইরিকনা মাহাকপু জ্ঞান চৈরোইনবা পণ্ডিত মুপা থোকপা, বৈষ্ণব লাইপোক সংসংবা, হায়না থাবা অমসুং মথৌনাদসু লাইজা ঈরেন্দ পুংবু ইঙা লৌথোং মরুম মনিংবা, চীংলেন পল্লংলা অব্রাংববু লন্নাই য়ুকোইপুংকুম মনিংবা হায়না থারম্বা অদু করিগুম্বা অমতা হাযগৎপনি নিংফম কৈতে খেবুজিংগী মতোন্দা খৌশারম্বা মফম অদু য়েংলগা মাগী মথৌনাগী অকি অখং লৈতবগী প্রমাণ ইরাই-লাইনা ফংগনি। চীংবুরোই তম্বুরোই অসিদা হৌজিক ফাওবা মাগী মমিং খংদবা খুল অমতসু লৈরমলোই, নিংথৌ ফনা ওইখ্রে, হাওখুল খুদিংদা মাখোইগী মমিং হুজিক ফাওবা কাওদনা লৈবা কয়া য়ামলোই, অদুম ওইনমক "চীংশাংখোম্বগী" মমিংদি হাওখুল অমতা কাওনদবনা নমই। মাহাকপু নরোত্তম গোস্বামীগী লাংওন্নি হায়বা অসি মণিপুরতনা হায়নবা নত্তে। ভগবান গোলাদা মহারাজবু সংস্কার তৌরমদাইদা থোকখিবা থৌদৌ অদুদা মফম অদুগী বৈষ্ণব পুমনমকনা হন্দক্কী নিংথৌ অসিদি নরোত্তম গোস্বা-মীনা পোকলকপা তায়ে হায়নখি।

অস্নুপ হ্বানা মথব্রাই খুবাক্তা হাপ্পুনা মমান্নবা নিংথৌ কয়াগী মনাক্তা চিরোন তৌতুনা, হায়ুজ-চৎচা তৌতুনা কয়ালাকনা, মতম অয়াম্বদা মীগী শাইগং-শায়াদা তাং, য়েক্লবগী মথুক্তগী লৈবাক মুন্নবা হায়তুনা মতম অয়াম্বদা থব্রাইমাংবা কিদনা হোৎনতুনা তান-খ্রবা নিংথৌ খুবম অসিবু মমৈথংদা উৎকুম নিংতুনা খৃষ্টাব্দ ১৭৯৮ দা মজাইবুংগো লাবণ্যচন্দ্রদা লৈবাক পীথোক্লমতুনা তীর্থদা লাইনিংবা লেংখি।

খৃষ্টাব্দ ১৭৯০ দা তেখাওদগী লাইবার লাকুনা মোয়াং নাবিয়ু, মাখোইনা তেখাও নিংথৌ গৌরীনাথ তাম্পোক্কদবগী হোৎন-বনা তেখাও লৈবাক পানবা ভমদ্রে হায়না হঙ্গৎলরে। মহারাজস্নু মমাঙউৈদা গৌরীনাথগী মতোল রাজেশ্বরনা মতেং পাংখিবা অতু কাওদনা শগোলতোংবা লাম্মী ৫০০ গা সিপাই ৪০০০ গা পুতুনা তেখাওরোমদা লেংলে। মহারাজগী অঙম অথৌশিংগী মরক্তা মী অয়াম্বনা মীগীদমক করিগী থব্রাই পীরুগবনো নিংবদগী লন্দা থব্রাই য়াওদবনা মহৈ মহৈ চেনখিবা মাংনখিবা য়াওতুনা মহারাজ লানফম অসিদা মাইথিতুনা হল্লকলে। মীতৈ অঙম্বা অয়াম্বনা হায়নরে মহারাজনা তেখাও লাম্নেকউবা মতমদদি মাখোইগী মুপা অমতস্নু মণিপুর তম্পাক তারক্তে অতুগা ঐখোইদি ভজিক ইথব্রাই পীবগীমখৈ করিগী লান শোক্লরুদগে হায়নরে। অতুম ওইনমক মহারাজনা সিফাই ৭০০ থনমলগা অহানবা লানশোক্লবগী হেক মতুংদা মী অতৈদি পুতুনা লেংথোরকলে। মণিপুর হেক থুংবগা মহারাজনা অঙম অথৌগীমখৈ লোইথাবা কৈথেন্দা ফৌবনচিংবা দণ্ডি হাকনমক কম্না তৌরে। তেঙ্গোল ৭০০ থনম্বা অতুস্নু তম্না চেল্লকলে। মীতৈ ইশৈ শকপদা চিংথংখোম্ব। মহারাজগী শগোল ভদ্রসিং দোলাই ময়াম্বা খোমহৌই হায়বা অতু হন্দক্কী লানফম অসিদনি। মাসিদা মাইথিরকপা অসি মণিপুরগী অচোম্বা থৌদোক অমনি।

খৃষ্টাব্দ ১৭৯১ দা ওম্বোকপা থৌদোক অমা থোকখ্রে মথকতনা উখ্রে, ব্রহ্মচারীবু মনাইনা হাংশি হায়রতুনা কর্ত্তা মহারাজ অসি ফম্বান কুমথি হন্দকসু মাতুগুম্বা থৌথোক অমা তন্না থোকলে। কুম অসিদা সামুরাই লাংপম মচা কোকপৈ কৌবা বামন অমনা সুপী অমা থাংনা য়ান্দুনা হাংলে। কোকপৈ অসি খর লাকন-ফান ঙমদবা মী ওইনা তৌরমঈ, হন্দক সুপী হাংলম্বা অসিদা মহারাজনা মাসি ময়াংদা থাজিনখ্রো মণিপুরদা থমলগনু হায়তুনা পুশিনখ্রে। কোকপৈ অসি মথন্নাই মুংঙাইততুনা লম্বীদা মথন্না আত্ম-হত্যা তৌতুনা শিজরে। মাসিদা মাহারাজগী সনা পুকনিং য়াম্না মুঙাইখিদ্রে, নিংথৌ ওইরবাদ রাজদণ্ড তৌদবা য়াদবগী তৌরুবদা ঐগী দণ্ড অতু ফংবদা মথরাই মুঙাইতবনা ব্রাহ্মণ মচা অসি শিখ্রে অতুনদি ঐসু মানা শিখিবা অসিগী মরম অমদি ওইবে। ঐনা নিংথৌ ওইরমদ্রবদি মাসিগুম্বা মরম অসি ঐ ওইরমলোই-দবনি। অসিগুম্বা রাখল অসিতা অহিং মুংথিল নাইদনা মহারাজনা খন্দুনা লৈরকপা অসিদা অতুপ রানা তানখ্রবা ফংঙমদ্রবা নিংখৌ খুবম অতু মরক মরক্তা করিসু লৈতন্না নিংলে। শ্রীভাগবত তাবা লাইনিংবনাচিংবনা শ্রীযুৎ মহারাজগী মরু ওইবা থবক ওইখ্রে।

খৃষ্টাব্দ ১৭৯৩ দা ইবুংশি কৃষ্ণচন্দ্রনা নিংথৌশেমতুনা য়ুমকৈন-চিংবা য়াম্না মৈ থারে অমসুং মী অয়াম্বসু খুৎলাইনা শোকহল্লে, মমৈথংদা ইবুংশি কৃষ্ণচন্দ্রনচিংবা মাগী মী পূমনমক ফারবদা ঙাকপিহৈবা মহারাজনা পীজা পীথকুনা থমলগা কৃষ্ণচন্দ্রবু খোবুম হাওদা থারে, মাগী খুৎমখৈবুনা মাগী মাগী মতিকচাবা লোইফমদা থারগা কোকপিবে।

মমৈথংদা খৃষ্টাব্দ ১৭৯৮ শুবদা শ্রীযুৎভাগ্যচন্দ্র মহারাজ তীর্থদা লেংগনি হায়না লেপলতুনা মজাইবুঙো লাবণ্যচন্দ্রদ নিংথৌখুবম শিন্নরে। মতম অতুদা হিংতুনা লৈরম্ব মজাইবুঙোশিংগী মমুংদগী

লাবণ্যচন্দ্রনা খ্বাইগী অহলনি। মহারাজদি কাছাড় লৈবাকলোমদা লেংবা য়াদতুনা তখেল্লোমদা গঙ্গাতীর য়েনবা লেংখ্রগা ভগবান গোলাদা খৃষ্টাব্দ ১৭৯৯ শুবদা নোংগাখ্রে।

লাবণ্যচন্দ্র—কর্ত্ত মহারাজনা নোঙ্গাখ্রবা অসিগী মতুংদগীদি মণিপুরগী ইতিহাস অসি মহারাজগী মজাইবুঙোশিংগী মরক্তা অমগা অমগা নিংথৌ খুবম মুন্নবদগী য়েংথিনবা অমনা অমবু হাৎপগী হঙ্গোইনবা লৈতবা ওস্থোকপা মতম ওইরে। মচিনমনাও মশেলমক্ত, হাৎনতুনা অমনা অমবু মাংলসমু থনবগী মতিক ওকপা মহেদি অৱানা মণিপুরয়োমদা মিৎয়েং চংলকলে। লাইরিক মচা অসিদা ঐখোইনা মচিনমনাও মশেল য়েংথিনবগী ৱারী অতু অতুপ কুপনা থিদনা চাওরাক থরগী মথৈতা ইরগে অতুমনদি ওইরবদা ঐখোইনা খংতুনা থমগদবদি চফু কায়রগা ক্বাক হরাওই হায়বগুম মচিন মনাও মশেল য়েংথিনবা অসিদা থায়নদগী য়েকনরকলবা অৱানা হরাওবনা লোয়রে।

খৃষ্টাব্দ ১৮০১ দা লাবণ্যচন্দ্র মহারাজবু হাৎলে। মধুচন্দ্র মহারাজনা নিংথৌ ওইরে। খৃষ্টাব্দ ১৮০৬ তা মধুচন্দ্র মহারাজবুসু হাত্তোকখ্রে। চৌরজিৎ মহারাজনা ফম্বাল কারে। মনাও ইবুঙো মার্জিতনা নিংথৌ শেমগদবগী তল্লাক লাকনরে। মাসিদা মমাই পাকত্রতুনা তুমুয়োমদা চেনখিতুনা অৱা নিংথৌদা মতেং পাংবিনবা ৱানারুরে। অৱা নিংথৌনা অৱাগী অঙম্বা অমা থারকতুনা মচিমনাও অনি তাইশিন্নহল্লয়ে। চৌরজিৎ মহারাজসু মনাওবু হন্দক অমুকনা হেন্না চান্না থমলে। অতুম ওইতুনসু করি তৌগনি। মার্জিৎকী নিংথৌ ওইনিংবগী খৌরাংবা অতুদি ময়াম্বুং ইবুঙোনা চানবনা কোকপা য়াবা নত্তে। মার্জিৎ অমুক হন্না নিংথৌ শেমলে, লানজং অনিয়কতা মাইথিরতুনা অকোনবদদি ময়াং লৈবাকলোমদা চেনখ্রে অমসুং মাতুদগী আরাকানলোমদা চতুনা অৱা কোম্বুং

স্তাখ্রে। নিংথৌ ওইনিংবগী অপাম্বা অসি অঙকপগী মশকনি মপা মপু হাক্তকতগী হৌনা য়েকনবা ওইত্তুনা লাকপবা অন্না লৈবাক অহুদা অন্না নিংথৌগী থৌজান অমুক্ত, ফংনবা কন্না হায়ন্জা চৎচা খুরুম খাজংত্তুনা লৈরে। মক্ষম অসিদা মহাক চহি ৬। ৭ য়োম লৈরমঙ্গ। মাসিগী মমুংদা অন্না নিংথৌ বোদোব্রাপ্রাগী মগুমুপা ফোগীদোব্রাগী মপান্দগী অব্রা নিংথৌনা মার্জিংকী মব্রা তাবিরে অমস্তুং বিচার তৌনগনি হায়ত্তুনা চৌরজিৎ মহারাজবু অব্রা কোম্মুং স্তান্না কৌররে। চৌরজিৎ মহারাজনা অব্রানা কৌবা চৎত্রে অত্তু-দদি খৃষ্টাব্দ ১৮১২ দা অব্রা লানগারক্তুনা মণিপুর থুগাইরে, লানফম অসিগী ব্রায়ৌদি অসিনি তেঙ্গোন চাউরবা অমা মার্জিৎপু নিংথৌ শেম্বিনবা লাকপে তুমু য়োয়গা তেঙ্গোন অসি অনি থোকনা খাইদোকলে অমনা মার্জিংকা লোইননা আইমোনলোমদা ফাও-রকপে অমস্তুং ককচিং খুপেন ময়াদা তেঙ্গোন শাত্তুনা লৈরে অমনা শমজোক নিংথৌনা লানজিংত্তুনা মচিয়োমদা লাক্তুনা হৈয়োকতা তেঙ্গোন শাত্তুনা লৈরে। তেঙ্গোন অসি মধুচন্দ্রনা পোকপা পীতাম্বরনা তুমনা চাইখাইরে অমস্তুং লানজিংবা শমজোক নিংথৌম্ম হাৎলে। চৌরজিৎ মহারাজনা ককচিংলোমদা তেঙ্গোল অমা অত্তুপা থেংনবদা মুমিৎ ৫ নি শোকনরবা মতুংদা চৌরজিৎ মহারাজ কাইত্তুনা ময়াং লৈবাকলোমদা চেনখ্রে। হুজিকতি মার্জিংনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইহৌরে। মাহাকনা অহানবদা মমুংগী য়েকনতিংখং পুম্নমক লৈতনবা খুজিন তৌরে, মপান্দম্মু অব্রানা মাগী মীচং ওইরবনিনা মার্জিৎ মহারাজ মরাতপনা পাম্লে লৈবাকম্ম থাইনগী ইনাককৈরাকখুনবা অত্তু অমুক হপ্পিন্নকপগুম তৌরে।

মার্জিংনা অব্রাকোম্মুংদা হায়নরম্বদি মাবু নিংথৌ হাপপিরবদি কবো তম্পাক অব্রাদা পুমকৎ কখোকলগনি অমস্তুং মাম্ম অব্রা নিংথৌগী মখাপ্লোনব্বনি য়াগনি হায়রমঙ্গ।

অস্নম তৌদুনা অৱাগা চান্নবা অসিদা লল্লোল ইতিকপগী য়ামনা কান্নরে অমস্নং অৱারোমদগী ললোলপোৎনচিংবস্নু মণিপুরদা লাকলে, মণিপুরলোমদগীস্নু অৱারোমদা চৎখ্রে। অৱারোমদা মার্জিৎকা চেনমিন্নরুবা মীশিং অদুনচিংবা অৱারোমদগী মীতৈস্নু য়ামনা থোরকলে। অদুমনদি ওইরবদা অৱাবু কিবা নত্তনা অতৈ করি অমতনস্নু মার্জিৎনা নিংথৌ ওইবা অসি মীতৈনা য়ানিংবা লৈতে, মানা নিংথৌ হেক ওইবগা চৌরজিংকী মীচংমখে তুম্নবা হাৎখিবা অমস্নুং ময়াম্বুংশিংগী মচাশিং হাৎনবা লাকনখিবা পূমনমক অসি মাখোইনা খক কাওদে।

মানা মণিপুরদগী মাইথিদুনা ময়াং লৈবাকলোমদা চেনখিবা মতমদা মফম অদুগী নিংথৌনা মাচোন্দা চংখিবা লমচৎকীদমক ময়াং নিংথৌ অসি লমন অমুক্তং খুমগে নিংলদুনা খৃষ্টাব্দ ১৮১৮ দা মার্জিৎ মহারাজনা চাওরবা তেঙ্গোন পুদুনা ময়াং লৈবাক্তা লান তারুরে। মতম অদুদা ময়াং লৈবাক্কী নিংথৌদি গোবিন্দচন্দ্রনা ওইরমঙৈ অমস্নুং মাজিংনা ইরাই লাইনা গোবিন্দচন্দ্রবু জয় তৌবা ঙমলগদবদা ওস্তোকপা থোদোক অমা থোকলে। চৌরজিৎ মহারাজদি মতম অসিদা জয়ন্তিয়াদা লৈরমঙৈ। মার্জিৎকী লান্তা-রকপগী পাও হেক তাবগা গোবিন্দচন্দ্রনা চৌরজিৎ মহারাজবু লান খর শোকনবিয়ো অদুওইরবদি নহাকস্নু এগী লৈবাক্তা লৈরো লমস্নু খরা পীগে হায়না কৌরুরে। ইকুনিংবগা থোং তেকপগা মান্নয়ে, চৌরজিৎ মহারাজস্নু কৈদোঙৈদা মার্জিৎকা অমুকতা লানফমদা উনগত্রা হায়না ঙাইরম্বা অদুগা মথকতা অমুক কাছাড় নিংথৌনা লমস্নু খাইবা মাসি পূন্নমক খল্লুবদগী চৌরজিৎ থিন্দনা ময়াং নিংথৌগী বাৰ্ত্তোন ঙাকলুগদবগী লাকলে। অসোমদা মার্জিৎনা পাও অসি তাবদা কিবনা থক থক নিকলে মরমদি চৌরজিৎ হেক উবগা মাগী সিপাই অয়াম্বদি চেনশিনখিগদবনি হায়বা মাহাক য়ামনা মুম্না উরমঙৈ। মরম অদুনা ময়াম্বুং উনত্রি-

ভৈদা চেনহৌদবা য়াদে হায়ড়ুনা লানম্ সু করিম্সু শোকনদনা চীং ব্বাংমা লান্দুনা তন্না থোরকলে মরম অসিনা মার্জিৎ মহারাজবু হুজিক ফাওবা মম্নাংঙম্বা হায়না খংনরি। আসোমদদি চৌরজিৎ মহারাজ অসি মনাও ইবুংঙো গম্ভীরসিংহগী মতেং ফংড়ুনা গোবিন্দ-চন্দ্রগী লৈবাক অয়াম্বগী মথৈ লৌশিনবা ঙমলে অমসুং অস্নুমনা ক্ষংবা লম অড়ুদা মচা মনাই পূম্নমককা লোয়নননা লেংদনা খুন্দাড়ুনা লৈরে।

খৃষ্টাব্দ ১৮১৯ শুবদা বোদোব্রাপ্রাগী মশু ফোগীদ্বানা অব্রাগী নিংথৌ ওইরড়ুনা ফম্বান তোংবা তারে। অব্রা নিংথৌনা ফম্বান তোংবা অসিদি মথাদা লৈবা নিংথৌ পূম্নমক কৌড়ুনা চেং কৎহল্লি অমসুং মাগী মথা পোনবনি হায়না লাওথোকহল্লি। হন্দক্কী নিংথৌ অসিনা ফম্বান কাবা অসিদি য়াম্না চাওনা তৌগদবগী লাংলমঙ্গৈ। নিংথৌ অতৈ অতৈগা লোয়ননা মার্জিৎপুসু কৌরমঙ্গৈ, মুপা অসিগী মপান্দগী মানা মণিপুবগী নিংথৌ ওইরিবনি মরম অড়ুনা তৌবিমগ খংবা উংপগী মশক ওইনা মহারাজ অসি হন্দক্কী ফম্বান তোংবা অসি য়াওরুবনা চুম্বনি অড়ুদা মাসিগী খরা মমাংদা মার্জিংনা কবো তম্পাক্কগী চিংশঙ পাম্বী নমড়ুনা য়ানবা অমসুং সনানা কুপ্পা শঙ্গাই অমা শাবা করিগীনো হায়না অব্রানা য়াম্না চপনড়ুনা হংলমঙ্গৈ অড়ুদা মহারাজনা অব্রা অসিনা ঐনা চৎখ্রগা করি তৌরমগবনো খল্লড়ুনা অব্রা নিংথৌ অভিষেক অসি য়াও-রোইদবগী হোৎনরে, তড়ুগা ঐ লাকপা ঙমলোইমক হায়বসু ঙমদড়ুনা ঐনা হেক চৎথোকলবদি ইচিল ইনাওশিং অসিনা ঐবু য়েংথিবা অসিনা নিংথৌ খুবম মুনখিবা তাই অড়ুনা ঐ চৎথোকপা য়াদে হায়না চক্রে।

অব্রা কোম্লুংদা লৈরুবদগী মার্জিৎ মহারাজ অসি অব্রাগী কেবামৌবা য়াম্না তমলকই। কবো তম্পাক্কগী চীংশঙ পাম্বী

য়াম্লুরগা মাহুনা শঙ্গাই অমা শায়মঈ অমসুং মাহুগী মথক্তা সনা কুপলমঈ। অহানবা নিংথৌ খুবম পীনবা য়ানোম্বা মতমদদি কবো তম্পাক অসি অরাদা পীথোকলমলে, অহুগা নিংথৌ ওইরবা মতমদদি মাসিদগী উ অসি অরারোমদা হায়জবা অমতা তৌদনা নমহুনা য়ানবা অসি অরানা য়াম্না চুমদে নিংই অহুগী মথক্তা সনাগী শঙ্গাই শাবদি তরানিংথৌ নহুনা মাগী মখাদা লৈবা নিংথৌ অমতসু লৈবা য়াদে হায়না নিংলমঈ। অসিগী মথক্তা অভিষেক য়াওনবা কৌবসু লাকত্রে অহুনদি মাবু মণিপুরগী নিংথৌ ওইহনবদি চুমদে নিংলে। অসি পুম্নমক খন্দুনা অরা নিংথৌনা তেঙ্গোল অচৌবা অমা মার্জিং ফারু হায়না থারকলে। নিংথৌ ওইরমদাইদা ফনমক অরাদা চংজরুরবসু মার্জিংসু মৈতৈগী ঈ অহুদি মপকলি। করিগীদমক মীনা লান লাক্লগা লান শোকনদনা তৌক্লদগে হায়হুনা মাগী তেঙ্গোল পুহুনা ককচিংদা অরা মাইয়োক য়াবা শাল্লে। লান কন্না শোকনরবদা মী অয়াম্বনা য়ামদববু ঙম্বা মহৌশানিনা অরানা লাকচরক্তুনা মার্জিং মহারাজ মাগী তেঙ্গোল হুন্দোকলমহুনা ময়াংলোমদা চেনখ্রে। লৈবাক অয়াম্বসু মণিপুর থাদোক্তুনা ময়াংলোমদা চেনখ্রে। অরানা মণিপুর লৌহোয়ে হুইদ্রোম্বা সুবলবু লৈবাকঙাকপা শেমহুনা থমলে। মার্জিংতি ময়াংলৈবাক তাখিবদা ময়াম্সুং চৌরজিংনা য়াম্না লুনা তৌরম্লে মতম অহুদা মনাও ইবুংঙোসু ময়াম্সুংদা শ্রীগোবিন্দজিউনচিংবা নিংথৌগী পোংলোই শম্পোং পুম্নমক কথোক্লে।

অরা তেঙ্গোল অচৌবা মরৈবাক্তা হনখ্রে, লৈবাক চাবা তেঙ্গোন থরা থনমই। হন্দক্কী অরা খুম্তাকপা অসি পুরাণদা চহি ৭ খুম্তাকপা কৌই অমসুং অরানা মীতৈবু মনাদা য়াইরিনা লেংহুনা পুই হায়নক্কী অহু হন্দক্কী খোংফম অসিদনি। কনা কনাগুম্বা সহেব লাইরিক লেংবগী মচিন্দগী তাবদি হন্দক অরানা মণিপুরবু

তৌবা অসিদি মাখোইনা নিংথি মুডাইনা লোইচনবা ঙমদবা মীতৈ কৌবা জাৎ অসি সংসার অসিদা পুমথম থম্ময়োই হায়না হোৎ-নরম্বনি হায়। অদুপ থিনা তৌখ্রে। অদু তৌই হায়দুনা মীতৈসু অব্রাবু লাকনদনা তোকপা নত্তে, লাবণ্যচন্দ্র মহারাজগী মচানুপা হেরাচন্দ্রনা খুৎখর খোমলগা অব্রা লৈবাক চাবা লৈহোবা অদু ওৎপা হোগৎলে। লৈবাক অসিগী মী পুম্নমকনা মনুংদা লোম্না মাগী মতেং পাংলমঙ্গ অমসুং অব্রাশিংনা চৎকদবা মাইকৈনচিংবা অথং অথংবা অদু মাঙোন্দা পাও হোদোকলমঙ্গ। ময়ম অদুনা অব্রাশিং অসি মচিঞ্জাক-নচিংবগী য়াম্না নংলে অমসুং ফৌথি চেংথি চৎপা কাংবু অদু হেরাচন্দ্রগী কাংলুপনা লুমদুনা হাৎপনা কনা অমতা চথোক ইথোকপা ঙমদ্রে। মমৈথংদা চৌরজিৎ মহারাজনা কাছাড়দগী সনা য়ুমজাও তাবা নত্রগা পীতাম্বরবুসু হেরাচন্দ্রগী মতেং পাংলু হায়না থারকলে। নোংমদি মাখোইনা লুমদুনা অব্রা খুৎপু অমা শিংনাশানা য়ানথুদুনা থনমলে।

অসে"দা ময়াং লৈবাকলোমদনা মার্জিৎকা গম্ভীরসিংহগা অনি মীচং ওইদুনা চৌরজিৎপু অমুক তানথোকলে, গোবিন্দচন্দ্রসু চেন্দুনা লৈরে অদুদগী উপায় লৈত্রদুনা গোবিন্দচন্দ্রনা ইংরেজ বাহাদুরদা উপায় তৌবিনবা লাওজরুবদা তাবিরকত্রদুনা মমৈথংদা অব্রা নিংথৌদা হায়জরুবদা অব্রানা গোবিন্দচন্দ্রবু মরৈবাক্তা হঞ্জিন-হনবিগনি হায়দুনা য়ারকলে। পুম্নমক ঙসি উবদা ইংরেজ সরকারসু মাখোইগী নোংপোকথংবা সীমানা ময়ামক্তদা অব্রানা চংলকপা অসিদি অকাইবা ৱানি থল্লদুনা গোবিন্দচন্দ্রবু কাছাড়গী নিংথৌ খুবম হঞ্জিলহল্লে অমসুং মণিপুরগী নিংথৌমচাশিংবুনা পেন্সন পীদুনা থমলে অমসুং মণিপুরদগী চেল্লকপা মী মখৈ খোমগৎলগা লেভি হাম্নবদি সিফাই লিংখৎহল্লে। অদুম তৌনা তৌনা অব্রা তেঙ্গোন অনি অমনা আসামলোমদগী অমনা মণিপুরলোমদগী কাছাড় তাম্না লাকলে ময়মদি কাছাড়দগী মীতৈ নিংথৌ তাম্থোক-

লগা গোবিন্দচন্দ্র নিংথৌ ওইহনগনি হায়রে। অসুম তৌহনা ইংরেজগা অৱাগস্নু বাছাড়দা লাল থর শোকনরে অমসুং কাছাড়গা তুপাটুলি টিলায়চিংবা মফমদা শাবা অবাগী তেঙ্গোন অহু মথং মথং ইংরেজনা তাম্বোকলে। খৃষ্টাব্দ ১৮২৫ দা গম্ভীরসিংহগী মণিপুর লেভি কৌবা তেঙ্গোন অহুনা মণিপুরদা লৈবাক চাবা ফম্নাঃ অৱা তেঙ্গোন অহু তাম্বোকখ্রে অমসুং অসোমদসু মাখোই অসি ইরাবতী তুরেন্দা ইংবেজ লান্দারকপশিং অহুগা শোকননবা অৱা কোন্নুংনসু কৌথোকলমঙ্ঈ। মতা চাবগী মতুংইন্না মাখোইসু চৎখ্রে। খৃষ্টাব্দ ১৮২৬ কী যেব্রুয়ারি থাদা ইংরেজগা অৱাগা সন্ধি অমা ইনরে অমসুং মাহুগী মতুংন্নই। অৱানা কাছাড়নে, জয়ন্তিয়ানে মণিপুরনে অসিগী মরমদা করিস্নু খুংথিংজিল্লোই হায়না যারে।

গম্ভীরসিংহ—গম্ভীরসিংহ মহারাজনা নিংথৌ ওইরে মতম অসিদা মহারাজগী লম অসি কবো তম্পাক ফাওবা নিংথি তুরেলগী অসোমথংবা তোর্ব্বান্না মীতৈগী আসোমথংবনা অৱাগী লমনি। অসোমথংবা মমাংঙৈদসু মণিপুরগী নোংপোকী সীমানা অসি হুজিক থায়না মমাংঙৈদসু মণিপুরগী নোংপোকী সীমানা অসি হুজিক হায়রিবা অসিদা ওইবনা খর নম্নমই, পাল্লম পাল্লম্বা নিংথৌ অহুগী মথৌনা অফফম্তগী মতুংইন্না সীমানা অসি অতেল অশাং নাইরমঙ্ঈ।

গম্ভীরসিংহনা পাল্লিঙৈদা নরসিংহনা সেনাপতি ওইহনা লৈরে।

খৃষ্টাব্দ ১৮৩৪ গী ইংরেজগা অৱাগা সন্ধি অমা ইনবা মতমদা কবোতম্পাক অসি অৱাদা পীথিবা তারে অমসুং মহুগী মহুৎতা সিকা রুপী ৫০০০ মনিপুরদা পীগনি হায়না ইংরেজনা যারে। কুম অসিদা মহারাজ নোঙ্গাখরে।

চন্দ্রকীর্ত্তি—মজাইবুঙো চন্দ্রকীর্ত্তিবু অঙাংওইনা নরসিংহনা নিংথৌ হাপ্পুনা লৈবাক ঙাক্লে, মুপীগী পুকচেন ফত্তবা রাখন্না মরু ওইহনা চন্দ্রকীর্ত্তি পোকপী মমাশিজনা নরসিংহ মচাগী ফনবতা হোৎনবিবা অহুবু হাৎনবা মী নেক্লে। ধর্ম্মনা ধর্ম্মচেনববু ঙাকই হায়হনা